# ঙাকপিবা



ইরবা
এস. রামচরণ সিংহ
লোইবাংখোম ।

৫ পুরমক অকোওবগীনি ।

মমল রুপা ৫·০০

থোরকপা
সনাহাইবা শর্মা
উরিপোক, ইম্ফাল।




অহানবা নম্বা—মে ১৯৭২।
লাইরিক মশিং—১০০০

লাইরিক নম্ফম—ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচাঁদ প্রিন্টিং বার্কস ইম্ফাল।

# লীলাদা চংগদবা মীশকশিং

নিপা—

শিবদত্ত—মীয়াই চন্নবা ; খুলংগী স্কুলগী হেড পণ্ডিতনি, Social Worker অমনি।

মহেন—পাখং ; শিবদত্তগী মচানিপা অহল ; M. A তম্লিবা ছাত্র।

দেবেন—শিবদত্তগী মচা অতোপ্পা, লাইব্রিক্তা মপুক্লিং চংদবা ; লীলা কালা পামজব মীশক অমনি।

মহন—নেশাব্রালা পাখং অমা।

মাধব—শেনজাও পাইবা ; মহনগী মপা।

চৌরজিৎ—খুলগী অহল ; শিবদত্তগী চান্নবা মরূপ।

বিনয়—পখাং ; চৌরজিৎকী মচা ; L. L. B. ছাত্র।

মিঃ বরো—ড্রামাটিষ্ট ; পাখং ; গৌহাটিদা লৈবা।

ইন্দ্রজিৎ—বরোগী মরূপ ; গৌহাটিদা লৈবা।

বদন—আরতিগীদা লৈবা ; হোটেল বোই।

নুপী—

পঙ্কজী—মমা মপা লৈজদ্রবী ; শিবদত্তনা মচাশক্না য়োক্লুনা থমজবী ; লৈশাবীনি।

আরতি—Actress ; মপুরোইবা লৈরবীন ; ময়াম্নদি লৈশাবীনি হায়না খন্নবা।

মাধবী—শিবদত্তগী নুপী।

# ঙাকপিবা

---

## অহানবা অঙ্ক

### ১বা উৎপা

[ শিবদন্নগী যুমগী মপালগী শরুক। মাইকৈ অনদা য়ুমলোমদা চংভুরুবগী থোংগাল উরি, মাইকৈ অমদ, লাইয়েংশং, মরক্তা হৈ-লৈ পাম্বী থরা হৌরি ; মঞ্চ ইমম মম্মী········ তপ্প তপ্প নোংঙাল্লকপগী অহানবা শরুক উরকই ; থোংগালগী বাংমদা লৌমী মচাশিংনা লাজোল লেংবানদা হাইগংভুনা হৈশৈ শকুনা চৎলি ; ঙহাক লৈরগা মহেন ইমুংদগী থোরকই : ইংখোলগী নাকল অমারোমদগী পঞ্চমী মচিল মম্না শেংদোকলুবগী মওংদা ফিজিনা মমাই তৈথোক্ তৈথোক্না চংঙকই ]

মহেন—পঞ্চমী— ।

পঞ্চমী—করি হাইপে— ?

মহেন—খংলবরা পঞ্চমী, ঙরাং অহিং নোংশোইবা মিৎ অসি উইশিনবা
স্নকয়া য়াদবনি—ঙহাক্তা তুমগে হায়বসি স্নকয়া য়াদবা— ।

পঞ্চমী :—করিগী— ?

মহেন—নোংঙাল্লক্লবদি মণিপুরগী খুদং থাদোক্নুনা গৌহাটিদা চৎলগনি হায়বসিগী রাখলনা। নখোই পুম্নমকপু থাদোক্নুনা চৎলগনি খল্লুবদা পুক্নিংদ কপনিংবা পোকলকৃই—।

পঞ্চমী—ঐদি কপনিংঙ্গবনিনা—।

মহেন—করিগীনো ঐ হায়কম খংদে। নখোই খাই পুম্নমক্না ঐবু সহরদা লৈখিনবা লৌতুনরিবনি। থৌরাং অসিদা নংমক য়াওরিবা করিগীনো—? ননাক্তগী ঐবু তানথোক্লগা নংগী মুঙাইবা ওইবরা—?

পঞ্চমী—ঐবু অরেম্বদা শাওরবদি ফরোই হায়বিরিবাসিনি—খংঙবরা?

মহেন—হায়বদি—?

পঞ্চমী—নংনা অত্থম তৌরবদি সহরদা চৎলমদাইদা ঐগী ইশক উহল্লোইদবনি।

মহেন—ঐস্থ নঙোন্দা চৎকে তাকলমলোই—। (নোক্নুনা) কমদৌই, মাল্লরেদনা?

পঞ্চমী—ফরেনে—চৎননবা থৌরাং ভৌল্লরো—।

মহেন—থাজো পঞ্চমী—শেংনা হায়রবদা সহরদা চৎপসে পুক্নিংদা অকিবা অমা পোকই।

পঞ্চমী—করিগী কিরিবা—? অঙাং কাবীবুরা—?

মহেন—কাগী নম্ভে পঞ্চমী—থা মঙা ভরুকতং ঐনা গৌহাটিদা লৈরুবদো স্বর অসি কুনহুনা শিগদৌই। অহিং হুংথিল খাইদে মতম পুম্নমক্তা নিল খো'হুনতা লৈবা—অচিকপা হায়বহু কংদবা—। অহাংবা লমহাং—অশংবা লবুক—নিংথিবা

পৃথ্রী অমত্তসু লৈতে—মাইকৈ মরিমক্ত জিংঘনা কুপ্না যুম চেক্কী কুড়া দলানমক্তা—। ঐগী হৈনদবী হায়েববু খম থেংখরে।

পঞ্চমী—পুম্নমক অদু করিসু খল্লুগ্—। নপুক্কিংদুতা য়াংগনু—। খুঙংদা মুংঙাইবা ফংবা অদুগুম্না সহরগী মুংঙাইবসু অদুম হৈনরক্কনি। খংলবরা, সহর খাদোক্কুনা খুঙংদা হল্লকপগী রাখল কাওবা লৈরকলোই। শনামতুম ইবুঙো, লৈহৌবা ঐখোইগীদমক্তা করিসু খল্লুদ্। পুক্কিং মুঙাইনা সহরদা চৎকদবনি।

মহেন—মদুরা পঞ্চমী ?

পঞ্চমী—খল্লুনা য়েংঙু, বাজিহললনা নংগীদমক্তা কয়াদা মুঙাইবা মং মংলিবা—ঐনা কয়াদা আশা তৌরিবা—নংনা M. A. পাশ তৌদুনা থোরক্কবা মতমদা খুঙংগী মীনা নংগী নমিং শোয়নগনি।

মাধবী- ( মপালদগী ) পঞ্চমী ! তারিবরা পঞ্চমী ! অয়ুক অঙনবসিদা নিংখৌগী মচা ইবেম্মাদুনা কদাইদা চৎগ্রবা— ?

( মাধবী চংলকই )

এ—নং অসিদা ! পোম্বীগুম্না চিম্লাক্করম্বিবোইরে। ঐদি খংদেদনা—। চৎলু মহেন ইরুজ-মাইথনবা তৌরুরো ইমানা চাক ইশিং লোইরম্ববনি।

( মহেন রাখল খম খম ইমুংদা চংখিবা )

ইচা অসিদা মপুক্কিং মুঙাইনা চৎখিনবা হায়দুনা ইচাগী মপুক পেম্নবা মমা ঐনা মমলিঙৈদগী হৌগৎতুনা হোৎনরি অদুগা শোমদনা মহারাণি ইবেম্মনা ইচাগী পুক্কিং ওলাংনবা অবা

মুংশিগী ৱারি ভৌবীরমলিবোইরে। অমুবী লিনবু শংগোম 'পিথকুনা য়োকহুশি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোইদনা ঐখোইদ' ওনশিন্দুনা চিক্লরগদবনি হায়না হন্না হন্না হায়জবহু ঐনা হায়ববু শোইবা হৌনবরদো—।

(মতম অসিদা মধুৎতা কাইল অমা পাইরহুনা শিবদত্ত চংলকই) করিনো ইবেম্মা, হুংগী মূর্ত্তিগুম্না লেপ্তুমা লৈরিবসিবু—নহাকস্ত্র ইমুংগী থবক ইংখাং থরদং য়েংশিনবীহুনা ঐবুস্থ থর পোত্থাবা কংহল্লদনা।

শিবদত্ত—কবি ভৌরবগে মাধবী—অমুক ওক্তা অসিদা হুপিমচা অসিদা অস্তুপ থিনা থিনা চৈবীরিবহুবু ?

মাধবী—অভাং নিপীগী ইহুনদি ইখং থংবীদনা ঐবু ইশো লাংবী তাহনবীগনু—।

শিবদত্ত—য়েংঙোই মাধবী—ওসি অসে অফবা হুমিৎনি। নিপামচা লৈকদা মহৈ তম্বা চৎখদৌরি—কৈদৌউ হল্লকনি অরেপ্পা লৈতে। অসিগুম্বা হুমিৎসিদা ইমুং মহি লাংহনবসি চুম্বরনে ? চংলো হরাগাড়ি থাবগী মতম ওইরে—মহেন অদো চৎননবা থৌরাং লোইশিল্লু হাইরু।

মাধবী—অহুগা ওসি ঐগী অরোইবা ওইনা হায়জরিবসিনি—নিপী-মচা অসিবু য়ুমদা থমহুনা ইচাগী পুন্সি মা'ননবা শিনরুসে ঐদি অমুক খাংব ওম্নরোই—।

শিবদত্ত—আঃ—ওস্তোকপনিদা মাধবী তুম্মীন লৈরো—। পঞ্চমী, চৎলু—চা কপ অমত্তা শেমলু। হকচাং অসি করিগো অমা

তৌরে। ফুলগী রাখল খনবদা অহিং নোংশোইবা মিৎ অসি চাইশিনবা য়াম্বে। ( পঞ্চমী চংখিবা )

য়েংঙু মাধবী, হকচাং অসিস্থ য়াম্না নোংমা নোংমগী শোঙ্গরক্নি পুক্নিংস্থ ফুংঙাইডে—অদুনা রাকম অদুনা ঐঙোন্দা অমুক অশান্তি পিরগনু—ওৎলগনু—। নহাক খংলিবনি মমা লৈজরবী মচানিপী আসবু ঐগী হকমদা শিন্নরমদুনা মরূপ অদুনা চিংনবা লৈতনা লাইরৈপাক ভানখ্রিবনি—পঞ্চমীগী ভার লৌবসে ঐগী রাশকনি—রাশক অদু ভাকপনা ঐগী ইথৌনি অদুনা ঐনা নঙোন্দা হায়জরি—হুপীমচা পঞ্চমীবু ফুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবীযু—মরাইবক থিরবী আসবু নপুকতগী ভাব নচাগুম্না নতস্বাকতা কোনবিযু—।

মাধবী—হুম—মঁচাপোক অসিবু··· ·····।

শিবদত্ত—আঃ, তর্ক অমুক তৌরম্নু, কৈদৌবগে-?

মাধবী—ঐ খংঙি—মাই পাবুংনা হুপীমচা অসিবু মহেনগা লুহোংবীবা পাম্মী। নৎত্রা?

শিবদত্ত—মদুদি কোন্নগী বানি—অহানবদা ঐগী মং অসে মংকাও-নখিশনু—মদুগী তু দনি। ঐগী ইচা মহেননা M. A. পাশ তৌরক্লবদি শনা লুপা মিংচৎ ফংবদা নৎতনা মপা ঐবুসু অরাংবা থাকতা খুদাং পাইদুনা চিংখৎপিগনি—।

( পঞ্চমী চা কপ অমা পাইদুনা থোরকই )

মতমদুদা ঐগী পেন্সবা হায়ববু থোইদিং মরু অমগী মান লৈররোই।

পঞ্চমী—বাজিহল চা লৈরে—।

শিবদত্ত :—চৎলু মাধবী—মহেন অহু থেংগ্রগনি গাড়িগী মতম নাম্বোক্‌খিগান। লোইশিল্লো হায়রু। (মাধবী চংখিবা)
চাহু কদাই—। (পঞ্চমীনা চা পিবা)
পঞ্চমী, নপুক্লিংদা করিমত্তা খল্লুগনু—। সংসার অদিদা মী ওইবা থুদিংমক চপ মান্নদবনি—অহুবু পুন্নমকপু ম্রাননবা চৎকদবনি। ঐ খংজি—নমা ইবেম্মাগী ম্রাঙাং শাঙাংদা নঙোন্দা পেন্দবা মুঙাইতবা পোকই হায়বসে—।

পঞ্চমী—নত্তে নত্তে বাজিহল—করিমত্তা খনবীরুগনু। বাজিহলগী মুংশিবীবা অমদি চানবীবনা ঙসি কাওবা পুন্নমক নোক্না নোক্না খাংবা ঙমদি।

(দেবেন মপালরোমদগী চংঙকই—শিবদত্তবু উদবা)

দেবেন—হা—হা—হা—নত্তে ঐ লম্বীগী চাকনিবা ওইদে ঐ ভুশোন নাঙশোনবা জগৎনা কিনরবা ঐনি—ইন্নগী শায়োননি—। খুংতা বজ্র পাইবনি—সংসার পুম্ব মাংহনবা ঙমনি। হায়রু অকোংবা লানকমদা শোক্লবা পাম্বরা—হুরান লাম্নাদা ম্রান্নবা পাম্বরা—? (মপা শিবদত্তবু উবা—ফিংনা চেনগে তৌবা)

শিবদত্ত—ভাইখো—।

দেবেন—করি.........?

শিবদত্ত—ঙমাং লীলাগী কদম তৌহনতা লৈবাশিবু.........। নং ঐনা হায়বা ম্রা ভাররোইদরা—? চাবগা তুম্বগা কোইবগা ইমুংগী থবক অমত্তা কান্নদবা—। মীওই চাদবা কাংবুগা

ভিন্নহুনা লম্বী শোরকতা চাহুনা লৈবা—। চৎলো ঙমাং লীলা য়েংঙ্‌ঙু্রো চৎলো—।

( মাধবী ইমুংদগী থোরকই—লক্ষ্মী ইমুংদ চংখিবা )

মাধবী—করি ভৌরবগে—। অভাংহুবু চৈবীরিবা করিনীনো—?

শিবদত্ত—মরম খংলগা রা ভাংঙু—।

মাধবী—মরাল লৈরম্বা রাই—। অহুবু পুন্নমক চিংথোক্লুনা ভাংবীবা হৌনবরা ?

শিবদত্ত—হুম্—। নংনা কনখৎপমক্তনা নচা য়োংসিনা অসি য়োগা মাংখরক্লিবনি—। মাধবী, নচাবু মুংশিয়ু। অহুবু নচা মুংশিবমা নচাবু মাংননবদি শিনগন্নু—।

মাধবী—হোয়,—মুন নৈ থাদোক্লগা মীচাবোকপু ইশিং হোলহন্দুনা কসহনগে হোৎনরিবাদাইদো—। দেবেন, চংলকউ লাও।

( দেবেনগা মাধবীগা ইমুংদা চংখিবা, চৌরজিৎ চংলকই )

চৌরজিৎ—ওঝাবু—।

শিবদত্ত—ও—চৌরজিৎ, চঙকউ—কম্মু লাও—।

( মথোই অনিমক কম্মীরৈ )

চৌরজিৎ—মঙেন চৎপ্রবরা—?

শিবদত্ত—চৎত্রি—।

চৌরজিৎ—করিনো হায়রিবহুবু—। থংগ্রেনা—ঐখোইগী বিনয়দি চৎত্রে—। মাখোই অনি খোংবু ওইমীয়গনি হায়বনি—। গাড়ি থাব মতম ওইগদৌরে।

শিবদত্ত।—ঐনা ঙসাইদগী থেংখরে—। লোইশিল্লো হায়রিবনি—।

( মথুংতা সুইটকেশ অমা পাইরদুনা মহেন ইমুংদগী থোরকই লোইনন। মাধবীগা পঞ্চমীস্থু থোরকই, মহেননা মমাবু থুরম্মী শিবদত্তবুস্থু থুরম্মী। )

মহেন—পাবুং, ঐ চৎনবা তৌরগে—।

শিবদত্ত—চৎলো—চৎলো—। লংকৈ হায়বসিদি চেকশিননা লৈগ-দবনি—। চাব তুম্বা মতম নাইগদবনিকো—। ভৎতনা চিঠি ইরকউ—। বিনয়গা থানগদুকো—।

( মহেন চৌরজিৎ থুরম্মী )

চৌরজিৎ—নকোক ফাওবা চিঙদু—। নহৈদা নপুক্লিং চংঙু—। পরপ—পরপ চৎলো—। নংগী মরূপ বিনয়না ঙাইহুনা লৈরমগনি—।

মহেন—পঞ্চমী, ঐ চৎলুখিগে—।

পঞ্চমী—চৎলো—।

মাধবী—চৎলো চৎলো থেংখরে।

(মহেন চৎখিবা, মাধবী পঞ্চমীস্থু থিল্লোকপা ওইনা ইন্নখিবা)

চৌরজিৎ—করি খল্লিবনো ডাক্তর—?

শিবদত্ত—থোঙদোকপা খনদে। অদুবু পুক্লিং অমস্তুং হকচাং অসে চপ মান্ননা শোত্থরক্রে।

চোরজিৎ—খর পোত্থাও। পূম্নমক ফরকনি। খুদংগী অঙাং শেমগৎ শাগৎলিবনি হায়দুনা তুম্বা চাব মতম নাইত্রবদি পুন্সি

অদু তেম্নগনি। ইশাগীস্থ খর য়েংদবা য়াবরা। নখোই ঐখোই খেগৎলকপা নহা নৎত্রে। খর চেকশিনবা তাই।

শিবদত্ত—তোলেনগী অমত্তা য়াওজবা মচাহুগীদমক্তা ঐনা কয়াদা য়াগ্রবা। অহিং নাইদে সুংথিল নাইদে—কৌরবগা হেক্ত চেম্নিবনি—মহুগী মহুৎতা ঐনা করি কংডি খংলবরা—? ইকাইবা অমসুং ..ইথিবা। কনাগুম্বনা হাই চৎনব্রবা থাইনগী কাংখ থাংগী ওঝা—তুকী ওঝা অসিনা তম্বীহুন। করি কান্নগবনো.........! মহু তাবদা তোলেননা মাগী মপুক্লিংদা ঐবু য়ারৌই। তোলেন মহাক মশানা খংজদে—মাগী মচানা মবুদ্ধি মরৌশিং কৎতহুনা পরীক্ষা ভমদ্রিবনি হায়বসি—। অহুবু ঐদি ইকাইবা অমদি মাইথিবা অহু মায়োক্নহুনা মাগী মচাহুবু শেম্নহুনতা লৈবনি মরমদি মাগী মচাহু অমুক্তং শেমগৎপা ভমগদরা হায়ন......অহুবু... .... ।

চৌরজিৎ—মদো মপুক্লিংদা সুংঙাইতনা করিস্থ তৌকপন্থ, নংগী তৌকম থোকপদি তৌরিদনা— মাগী য়া তারগা নংনা নিংহন্নগদবা নত্তে। ফরে শিবদত্ত, নংগী নচা মহেননা M. A. পাশ ওইরকপা থোক্লবদি মতুংগী নংগী আশা করিনো ?

শিবদত্ত—চৌরজিৎ, করিগুম্বা মহেননা M. A. ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট ওইরকপা থোক্লবদি মহাকপু স্কোলার অমা শোয়দনা ওই-হনগনি। মসিনা ঐগী পুন্সিগী লাইনিংনি।

চৌরজিৎ—ফরে, ঐ চৎলগে—নাস্থ নংগী চৎকদবা চৎলুরো। অহুগা ভাইথো, নংনা হয়েং মিটিং অমা কৌরিবহু করিগীনো ?

শিবদত্ত—হয়েংগী মিটিং অসি য়াম্না নুবা মিটিংনি। হায়বদি হৌজিক্তি সরকারনা মমিৎতা লাইরিক লাইশু উহৌত্রবা অহল নমন ইমা ইবেলশিংবু লাইরিক ভমহন্নবগী থৌরাং অমা পায়থৎ-লক্লিবাসিগী মরমদা। ঐখোইগী খুন্দং অসিগী ওইনা য়া থরদং থন্নশি তৌবনি। মসিদা নং ঐনা নুচিংহনা হোৎনজবদি খবক অসি মহৈ য়াম্লোই। অহুনা নং গুস্তা লাকদবনি। মমিৎতা লাইরিক ময়েক উহৌত্রবা নহা অহলনচিংববু য়ামত্রবদা মমিংতা ওইরবস্থ ইবা পাব ভমহন্নবা হোৎনদবা য়াদে।

চৌরজিৎ—ঐ লোইনা ত'ব তারে। গুসিদি ঐ চৎলগে।

শিবদত্ত—ফরেহল্লো।

( চৌরজিৎ চৎখিবা, মাধব চংলকই )

মাধব—করম করম পাল্লি ওঝা ?

শিবদত্ত—ও—মাধব বাবু, লেংশিনবীরকউ।

মাধব—নচানিপা মহেন চৎত্রবরা ?

শিবদত্ত—চৎত্রে।

মাধব—করি মতৌনো ? ঐবুক্কা উনরমদনা চৎত্রবা। তহা তহা তৌবদা কাওহনা চৎখিবা ওইবা তারে। নচা মহেন অসে মবুদ্ধি মরৌশিং য়াম্না কৈ। মহাক শোইদনা M. A. পাশ তৌরকনি। ঐখোইগী খুঙ্গং অসিদা M. A. অমত্তং লৈবা হায়বসি য়াম্ন দরকাররনি।

শিবদত্ত—লাইররবস্থ নংলবস্থ M. A. দা নত্তে, মহাকপু ঝোলার অমা ওইহনবা হায়বসে ঐগী আশানি।

মাধব—শিবদত্ত বাবু শেন থুংনীদমক্তা নিংহৃন্নগনু, ঐ লৈরি। শেনলগীদমক্তা চিন্তা তৌগনু। ঐ চৎলগে নংগী আশা ঈশ্বরনা থুংহনবীবা ওইশনু। ( চৎখিবা )

শিবদত্ত—ঐগী আশা! মানি, ঐগী মং।

( পঞ্চমী ইমুংদগী থোরকই )

পঞ্চমী—বাব্জিহল! ( শিবদত্ত রাখলদা মুনখিবা ) বাব্জিহল! করিগী হুন্ডাইবা মংনো?

শিবদত্ত—ঐগী মহেনগী মংনি। অহিং মুংখিলদা ঐগী মুংভাইবা মং অসিভা উত্তুনা লৈরি। ঐগী মহেন অফাওবা স্কোলার অমা ওইরক্কনি। মাগী মিংবু মী পুম্নমক্না শোন্নরক্কনি। মতমত্তুদা শেন থুমদগী মিংচৎতগী অন্নাংপা অমত্তা লৈররোই। অত্তুগী ভুংদা যান্না ধুম ধামপা লোইননা নংগা ঐগী মহেনগা লুহোংবীগনি। অত্তুগী তুংদা নখোই অনিনা পোকপা থাজদগী হেন্না নিংথিজরবা ইশু অমনা লৈমাইথক্ত শল শাত্তুনা কোইচেন চেনত্তুনা শান্নবত্ত ইমিৎ অসিনা উজবা ফংগান। (পঞ্চমী ইকাইত্তুনা ইমুং মন্নুংদ চেনশিনখিবা ) অত্তুদগী ইশু অত্তুনা নিঙাই তৌত্তুনা কপলক্লবা মতমদা ঐনা ইশু অত্তুবু কোনখৎলগা লেংবানদা হাপত্তুনা কোইচৎ চৎতুনা থেমগনি। অসিগুম্বা ঐগী হুন্ডাইরবা মং অসে মহেনগা নংগানা………………।

( য়েংথোরক্কপদা পঞ্চমী লৈরমদবা )

হা……হা……হা……ইকাইখিবী অঙাওবী! ঐগী মমল য়াম্নবা রাইহেশিং অসি ভাজদনা চৎপ্রবোইরে। হু ‥হু…হু।

লাইট

## অনিশুবা শৎপা

[ গৌহাটিগী হোটেল অমগী মী অনি লৈবা য়াব কা অমনি। ছিপ্প চানবা পূম্নমক লৈ; মতমদি স্নুংথিলনি; ইন্দ্রজিৎ কমুংদা ছিপ্পুনা লৈ; মিষ্টর বরো চুরুট মচৈ অমা মচিনদা চুপ্পহনা হংগং ফম্দা চৎতুনা লৈরম্মী; মরক মরক্তা ঘড়ি য়েংঙি; মচিনদা "নাপ চাদবা" হায়রগ অসি মরক মরক্তা শোল্ল। ]

বরো—Worthless! নাপ চাদবা! মতমগী মমল খংদবা মহাক্না করিগীদমক্তা ঐবু মতম মাংহন্নিবনো নাপ চাদবা। ইন্দ্রজিৎ, নংসু তুম্নবরা?

ইন্দ্রজিৎ—তুমদে। করি হায়বগে?

বরো—নাপ চাদব! নত্তে, নখোইগী আরত্তিনা চৎখ্রিবসিবু কদাইদনো? স্নুংথিলগী পুং মঙাদি তাশিল্লক্লে। নাপ চাদবা।

ইন্দ্রজিৎ—লাক্কনিদা।

বরো—লাক্কনি হায়রিবেশে। নাপ চাদবা।

ইন্দ্রজিৎ—নত্তে, নংনা অন্নক য়াম্না লাংতক্কুরিবাসি করিগীনো?

বরো—What? লাংতক্করোইদবা? নাপ চাদবা! মতমগী মমল খংদবা অসিননি ঐখোইগী লৈপাক্ন নোংম নোংমগী লৈখা তারক্লিবসি। খন্দুনা য়েংঙু, খা লমগী ইংলিশ মেনশিংনা.........।

ইন্দ্রজিৎ—ইংলিশমেনগী রা তোকখো। নশাগী রা খল্লু। নখোইগী আফিস পুং কয়াদ ছুটি থাবগে—?

বয়ো—Just at 5 o'clock !

ইন্দ্রজিৎ—অদুদি বন্ধু, করিগীদমক্তা নংনা পুং ৪ দা য়ুম য়ৌরক্লিবনো ?

বয়ো—নাপ চাদবা ! অদুবুদি ওসি ঐখোক্ট ময়াম করিগুম্বা অমা থরশি চায়নখিবগীদমক্তা আফিসরদা Request তৌদুনা থর ওয়া লাকপনি, মসিদা ঐবু মতমগী মমল খংবা মীশক অমনি হায়না খাগৎকেদি হায়ত্রদুনা নংনা ঐগী অশোইবা খিরিবা করিগীনো ? নাপ চাদবা !

ইন্দ্রজিৎ—নংগী নাতৈ চাদবা ৱাইহ অসি তাদনবগীদমক্তা ঐ কা অমদা হোংদোকখিবা ভারে —।

বয়ো—নাপ চাদবা ! ( খংহৌদনা নোক্লগা ) Really ঐগী মুত্রা দোষ অসে থংদোকপা ওমত্রে। করিগুম্বা অমত্তং ভাংনবা তারবস্থ খন্নবা তারবস্থ মরম ইচ' চাদনা—মফম ইখং থ'হৌদনা হেক্তা চিন্দগী হায়দোকখিবনি ; নাপ চাদবা—।

ইন্দ্রজিৎ—হায়ন হায়ন......... ।

বয়ো—সোরি— ! নাপ চাদবা !

ইন্দ্রজিৎ—( নোকুনা ) করে— ; ঐখোইনা শান্নশি হায়না খন্নরিবা নংগী ড্রামা অদুবু অরোইবা শিনগী শরুক অদুবু লোইশিল্লবরা ?

বয়ো—লোইশিল্লক্লে হায়বা য়াই। অদুদা ড্রামা অসিগী পম্বক্লেম অসি কদোমদা পুশিগে ট্রেজডিদা লোইশিরা নৎত্রগা কমেদিদা লোইশিরা খনবদা কোক অসি য়াম্ন শারে ।

ইন্দ্রজিৎ—করিগী কোক শারিবা ? অদুক লাইবাদুবু ।

বয়ো—হায়রবদি— ?

ইন্দ্রজিৎ—হায়বদি ট্রেজদি পাম্ব ভাবোকীশু য়াদনবা কমেদি পাম্ব ভাবোকীশু মনিং থুংননবা ট্রেজদিকেন্স কমেদি প্লে হেক ওইহল্লোদনা—। হায়বদি Both side তা কায়বা—।

বরো—O! yes, very good idea! নাপ চাদবা! য়েংঙোই ইন্দ্রজিৎ, ঐনা হন্দক ইরিবা ড্রামা অসে অকাওবা ড্রামাটিগি কয়াগা য়ায় নৈনরবনি। মাখোইনা হাই—it must be a social conflict নাপ চাদবা—!

ইন্দ্রজিৎ—করে নংগী ড্রামাগী মমিংদি—?

বরো—"মিংনাইদবী" হায়রিবসে ড্রামাগী মমিংনিনে। নাপ চাদবা।

ইন্দ্রজিৎ—অদুগা নখোইগী ক্লব হায়বদি ফংশন অসিগী মমিংদি করি থোনবা লেপলে?

বরো—"কানবা লৈতে"।

ইন্দ্রজিৎ—করিনো মিষ্টর বরো নংগী য়া অসিবু? ক্লবকী মমিং থোনবগী কানবা লৈতে হায়বা?

বরো—নাপ চাদবা। Dull hearded! ক্লবকী মমিংনিনে "কানবা লৈতে" হায়রিবাসে। নাপ চাদবা।

ইন্দ্রজিৎ—করে; ঐদি নংগী follower নি। হায়বদি নতুং ইনবানি নংনা থোকপা তৌ।

বরো—yes correct অচুম হায়য়ু, নাপ চাদবা। অদো ইন্দ্রজিৎ, পূংদি ৫ তাশিল্লক্লে -কনামতা লাকত্রিবাসিবু—। নত্তে, নংনা লাকনি হায়বাচুবু কদাইনো—?

ইন্দ্রজিৎ—আরতিগী য়ায়া?

বরো—Oh ! মিস আরতিগী বাদি থংলেনে— । ঐনা হায়বদি অনৌবা friend অমা অনিম্ব ওসি ঐখোয়গী ক্লব অসিদা মিং চনবা লাকনি হায়বাদাইনে— ।

ইন্দ্রজিৎ—হোই হোই ! শোইদনা লাকনি— ।

বরো—নাতৈ চাদবা ! কনা কনানো ?

ইন্দ্রজিৎ—অমনা M. A. তম্ব নি । অতুগা অমনা লো তম্লিবনি । মাখোই অনিমক মশক মতৌদা এনাতোমীদা ওম্বোক্ক কজখরে ।

বরো—( হরাওনা ) অং—অং— ।

ইন্দ্রজিৎ—মাখোই অনিমক ষ্টেজগী আর্টিষ্ট ওইগদবমক্কি ।

বরো—নাপ চাদবা !

ইন্দ্রজিৎ—করি হায়বা— ?

বরো—Very good ? মাখোইশিং অতুদি ইম্ফাল টাওনদগীরা নৎত্রগা......... ।

ইন্দ্রজিৎ—ঐখোইগী স্বরেননা হায়ববু মাখোই অনি বিশনপুরদগীনি হায়বরা— ?

বরো—ডাক্তর তম্লিবা মহাক অতুদি য়ায় লৈপাকমচা তাবা মীতা ওইনা উই ।

বরো—Good answer ! নাপ চাদবা— ।

আরতি—( মপানদগী ) May I come in ?

বরো—Oh yes ! Come in ! লেংশিনবীরকউ ।

( আরতি চংওকই ; মতমগী মীওইনি ; মিৎতা পগল্স । খুৎতা ভেনিটি ব্যাগ । মাখোই অহুম নমস্তে তৌনৈ )

ইন্দ্রজিৎ—চেয়ারদা লেংশিল্লু। ( আরতি কন্মী ) অমুক য়াম্ থেং-
বীরক্লিবা করিগীনো ?

আরতি—ঐবু ডাকপিয়ু। করি অমুক হাযনি—। অমুক পুং ৭
ভাবদগী ড্রামাগী রিহার্সেল চংপামক্তনা হৌজিক কাওবা ঋর
হোন্দোকপা কাওবা শংত্রি। ওসি চুংথিল পুং অমা ভাবদগী
Red Blue ক্লবকী ড্রামা অমা ফুল রিয়র্সেল য়াওরুবনি।
লোইবদা খর. থেংদোকখরে। লোইবগা টি পার্টি .. ...!
খংদেদা—ঐগী থবক মচিন অসিগা......... ।

বরো—মমল কাহনবীরিবরা— ?

আরতি—মতুগী রাখল নৎচদে— । ভশেংনমক ঐ অসে য়াম্ চিনজবা
মশক অমনি। নত্তে—অদোমবু করিগুম্বা ফংশন অমদা
অমুক্তং উখিবাগুম তৌখরে। লাম্বদদি থোকত্রে।

বরো :—হোই—উবিরম্বা য়াই।

আরতি—ঐনা উজখিবতুবু.........( রাখল তৌবা )

বরো—Evergreen থিয়েটর হোন্দা—।

আরতি—Oh yes! অদোমনা side role গী পার্ট অমা কুম্বীখি,
নৎত্রা ?

বরো—Absolutely !

আরতি—অতুবু হন্দকমরক্তি green থিয়েটারদা অদোমবু উজবা
ফংখিদ্রে — ।

বরো—ঐ মাখোইগী function অতু থাদোকচরে। অতুনা ঐ
ক্লব অমা লিংখৎচরগে হায়দুনা অদোমগী নত্তেং নিজরিবসিনি।

আরতি —য়াম্ন ফবে— ।

ইন্দ্রজিৎ— আরতি দেবী......... ।

আরতি —Yes please ?

ইন্দ্রজিৎ—মহাক অসি ঐখোইগী play right অমসুং Director নি ।

আরতি—মহুরা ? very good !

বরো— নাপ চাদবা— ।

আরতি—( ফুক হৌগৎতুনা ) করিনো হায়রিবদো ?

ইন্দ্রজিৎ—ইবেন্মা, ঙাকপিগনি— । মহাকী নাপ চাদবা হায়বা রাহৈ অসে মহাকী মুদ্রাদোষনি ।

আরতি—( নোকুনা ) মহুরা ? ঐদি ইশুক ঙকনুরে ।

( চেয়ারদা অমুক ফম্মী )

বরো— অদোমগী মাইথোংদা নোকপগী মমি ভাবসে পুক্নিং শুমহৎ নিঙাইগী মশকনি । নাপ চাদব'.........I mean চাংদম-নিংঙাই লৈতে । অদোম অসি মতিক চারবী নিপী অমনি হায়না ঐনা লৌজবা ওমলে— । অদোমনা খোইদনা পাং-খোকপিবা ওয়গনি ।

আরতি—ক'রি পাংপে'কপা— ?

বরো— ঐগী Drama গী Heroine ।

আরতি—Really ?

বরো —Yes Really ! ঐগী পুক্নিংনা হায়রি—অদোম খোইদনা ওমগনি । ঐগী মংবু মংফাওনহনগনি । অদুব excuse

me আরতি দেবী, ট্রাই অমুকুং তৌহ্নবা full satisfied তৌবীদনদি as a Director ঐনা final selection তৌখিরোই। নাপ চাদবা।

আরতি —মশানা ভাবনি— ।

( মতম অসিদ মহেনগা বিনয়গা চংলকই )

ইন্দ্রজিৎ—হ্যাল্লো — ! my dear comrades বৈদৌরে অঙ্ক থেংগুব্রবদি ?

মহেন— ভাকপিগনি—খর থেংদোকখরে।

ইন্দ্রজিৎ—হৌজিক্তি শকখং মাইখংনরশি

বরো— অচুম্বনি। ঐ অসি ইম্ফাল সহরদগী লাকচবনি। গৌহাটি অসিদা প্রাইভেত ফেক্টোরি অমগী ম্যানেজর ওইনা থবক তৌজরি। মণিপুরদা লৈরিবৈদগী ঐগী হোবি'দ Dramaগী সংসারদা লুপচবা অসিনি। মতমগী Playright অমশুং Director Mr. বরো সিং হায়বতু ঐ ওইজরে।

ইন্দ্রজিৎ—ঐনা আগরতলাদগীনি। Artist নি I mean ভবলা য়ৈজবা মীশক অমনি ; ঐগী মিংনা ইন্দ্রজিৎ কৌজে— । মিষ্টর বরোগা হোটেল অসিদা ভাড়া তৌহ্নবা লৈমিন্নজবনি।

আরতি —ঐগী ইমিংদি মিস আরতি—মরাম্ন খোরাংনা পাম্বীরিবা মতমগী actress নি। ঐগী অশেংবা মুমদি হোজাইদনি ; ঐ আসামী, বেঙ্গলী, ইংলিশ লোন অহুমমক ইবা ভাংব লোইনা ভমজৈ। ঐনা হৈজরুবা নৈনজরুবা বিন্তাগী মতুং ইন্না মতম খর গৌহাটি ভাউন অসিদ লৈজবনি।

মহেন —( ইকাইরপ ভৌন ) ঐগী ইমিংদি এল, মহেন সিং ; M. A. ভমজরি ।

বিনয় —ঐগী ইমিংনা এইচ, বিনয় সিং—লো ভমজরি ।

বরো —Old and orthodox name ! নাপ চাদবা ।

বিনয় —( শাওরপ ভৌন ) করি হায়রবা ?

ইন্দ্রজিৎ—বিনয় বাবু, য়ারোবীগনু……মসি মহাকী মুত্রাদোষনি ।

আরতি —অশেংবনি ; বিনয় বাবু । নত্তে মিষ্টর বরো চা-ভুংগী অ্যারেঞ্জমেণ্টকা ভৌবীদরা ?

বরো —Really I am sorry ! হাই—বদন ! বদন ! নংবু ভারিবরা ?

( বদন পরপ পরপ চেনশিল্লকই )

বদন —করি হায়রবগে বোস ?

বরো —চা কপ মঙা । Quick !

বদন —O. K. বোস । অদু চান থক্কবদি…… ?

বরো —দরকার লৈতে । ( বদন চৎখিবা ) নাপ চাদবা ।

আরতি—করিনো ময়াম পূম্নমক লেপ্তুনা লৈরিবসিবু ? কম্বীও ।

( ময়াম পূম্নমক কম্মী )

রিহার্সেল হৌনবা ভৌরসি— ।

বরো —One thing, মিস আরতি ! ঙসিমক রিহার্সেল হৌরশি হায়রবু হোটেলগী ম্যানেজরনা মীয়াম ভিস্নুনা নিল খোংবা অসি পামদবগী মত অমা পিরক্লি । নাপ চাদবা— ।

আরতি —অছুদি করম তৌনি ?

ইন্দ্রজিৎ—আরতি দেবী, রিহার্সেল তৌবা য়াবা মকম অমত্তং ইবেম্মাবা পুখোকপিবা ঙমগদ্রা ?

আরতি —করিগী লৈতদগে ? অছুগা ভাড়াদি তিংবা তাই।

ইন্দ্রজিৎ—মছুদি মশানা ভাবনি ; অছুবু মকম অছুবু কদাইদনো ?

আরতি —ঐনা ভাড়া তৌছুনা লৈরিবা য়ুম অছুগী থংনবা কা অচৌবা অমা হাংছুনা লৈ ; মদো হায়নরবদি য়াগনি ।

বরো —Very good ! নাপ চাদবা।

ইন্দ্রজিৎ--কৈদৌরে মহেন, মরূপ অনিদি ভুম্মান্না কমছুনা লৈরবদি ? য়ারি য়াতাইস্নু শাশি থরস্ন নোকশি। য়েংবীয়ু আরতি দেবী, ঐখোইগী অনৌবা মরূপ মহেনদি Hostel দগী College, College দগী Hostel চৎপা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মকম অমদা চৎচদবা মীশক অমনি ; অছুনা ঙসি ঐখোইগী অসিদ লাকপাসিদ ইহৈ হৈনব্রমাগ্রে।

আরতি —( নোকুনা ) Good boy ! ( মহেন ইকাইবা )

বরো —Stagnant life !

ইন্দ্রজিৎ—অছুগা ঐনা অনৌবা পাও অমগা তাবা কংডি—মছুদি মতম খজিক্তং কাবদা ঐখোইগী মহেনদি থুদংগী নিপীমচা অমদা মরক মরকতা চিঠিস্নু ই হায়।

আরতি —করম্বা মখলগী চিঠি ?

ইন্দ্রজিৎ—নহানা নহাদা পিবা চিঠিবু করম্বা মখলগী চিঠি ওইগদগে, প্রেম পত্রনিদনা। করি হায়বগে মহেন বাবু ?

আরতি—মিষ্টর মহেন, অদোমগী ঙুংশিবীগী মিংবু করি কৌবগে ?
(মহেন খুমদবা) মুগীমচাদগীসু হেন্না য়াম্না মাই শোনবিগ্রেনা ?
করিগী ইকাইরিবানো ? হাইরো হায়বা। প্লীজ।

মহেন —পঙ্কমা কৌই।

আরতি—পঙ্কমী! মিং অসিদি ওস্লোক্না খঙ্গোই শোকপ্রেদা তাবদা
পুক্কিং অসি ইনৌ নৌই।

বরো —খুমুংগী মিংদানি। নাপ চাদবা।

বিনয় —মতম আস য়াম্না খেংখরে। পুং তরেৎ ফাওবগী মমুংদা হোষ্টেলদা
হনজিনজবর্দি সুপারিনটেন্দেণ্টনা রা ঙাংগনি। চৎনবা তোরসি
মহেন।

মহেন —ঙহাক কমখিসিবা।

ইন্দ্রজিৎ—ঙহাক রারি রাতাই শাহনা কমখিসি। অদুপ চাউরবা নংনা
হোষ্টেলগী সুপারিনটেন্দেণ্টপু কিরিবা করিগীনো ?

বিনয় —কিবগী রা নত্তে। দিসিপ্লিন লৈতবা মী অমা ওইজনিংদবগী
রানি।　　( বদননা চা পুথোরকপা )

বরো —চাসিদদি থবকখিসিদনা। ( ময়াম চা থকপা ) অদোমবু
এখোইগী কংশন অসিদা...... ।

বিনয়—এগী আশা তৌবীরুগনু।

বরো —মরমদি ?

বিনয় —এদি হৌজিকী মতমদা ইহৈ ইশিন তম্লিবা মীওই অমা ওইরি-
বনিনা ড্রামাগী রিহার্সেল য়াওরবগী মতম লৈজরোই। অদুপা
রাফম অমনা অদোমনা ইবা ড্রামা অসি প্লোট ঙুংনচিংবসু
কয়া ফজগনদে—কারন তুরন তৌই হাই—।

বরো —( শাউনা ) What! ঐবু উশিৎত্রিবা করিগীনো ?

বিনয়—বরো বাবু, হৌজিকী মতমদা ড্রামা য়েংবিরিবা ইবুঙো ইবেম্মা-শিংনা হায়—ড্রামা লাইরিক হায়বাস স্কুল কলেজকী অমনবা লাইরিক নত্তে। ঙহাক ঙহাকী পুক্লিং মুংঙাইহন্নবগীদমক্তনি হাই। করে, ঐস্ সারগে, ড্রামাশিংদুগী থোইদোকপা পাওতাক লৈত্রবসু কায়দে। অদুবু মুংঙাইনবনি নোক্লবনি হায়দুনা হেঞ্জিননা কত্তবা মওং উৎপন্ন কৎতে হায়বা য়ানি। ঐ চৎচরগে Good night, নং চৎখিরোইদরা মহেন ?

মহেন —ঐ ঙহাক্তা লৈহৌখিগে নং চৎলম্মো।

বিনয় —করে—ঐ চৎলম্লগে। ( চৎখিবা )

বরো —চাওখৎতবা খুদুংগী মী! করে ইবেম্মা! ঐখোইগী ড্রামা অসি হৎচিংতগী হৌরশি। বাই ডি বাই—ইবেম্মবু Dance অমদি Music ঙম্বীবরা ?

আরতি—য়াম্নামক নৎত্রবসু খর খর।

বরো —টুইষ্টদি ?

আরতি—কাবক কাবক হৈ।

বরো — বোল Dance দি ?

আরতি—চৎনবা য়ানা।

বরো — Very good। অদুগা আরতি দেবী, বোল Dance কীদি expert কয়া ওইবিত্রবসু থোইদোক্লা য়ানিংঙাই লৈত্তে। মরমদি Mr. বরো ঐ অসে বোল Dance দা well trained ওৌরবা মীশক অমনি—I will teach you. Don't worry.

আরতি—লাইবক ক্ষ'নি।

বরো— নাপ চাদবা।

আরতি—অছদি শুসিদি ঐ চৎচরগেনে।

বরো— ফনি লেংবিরশি।

আরতি—অদো one thing—বাবুখোইগী নোকর বদল অসে য়াম্না হৈ-শিংনা উখরে। মা অমত্তং হায়জগে হায়ববু।

বরো— Yes please—চিংনবা লৈতনা তাকপিসি।

আরতি—ঐগী নোকর অছু চেনগ্রে। ঐসু য়াম্না খুদোং চাগ্রে। অছুনা বদন অসি ঐগীদা মতম খরদংগী ওইরবুসু লৈহনবীয়ু। হয়েং ময়াম্না ঐগীদা Drama রিহার্সেল লাকপা মতমদসু নোকর অমত্তং লৈত্রবদি খুদোং চাদবা কয়া........।

বরো— Oh yes! য়াম্না চুম্মি। ইবেম্মগী নিংবা থুংনবা ঐনা শিনজগনি।

আরতি—Thank you (মহেনদ) মহেন বাবু, কদোমদা চৎকনি?

মহেন— ঐ পান বাজাররোমদ চৎচগনি।

আরতি—অছুদি লম্বী তিম্নরে চৎমিন্নরশি।

মহেন— ক'নি।

ইন্দ্রজিৎ—মহেন বাবু, অদোমদি ঐখোইগী ক্লব অসিদা য়াওবীরেদ্রনা?

মহেন— ঐঙোন্দগী ক্লবকী কানবা খরদং ফংবিগনি হায়রবদি ঐসীদি লাইবক ক্ষবনি।

বরো— Good boy.

আরতি—লেংঙশি মহেন বাবু।

মহেন —চৎলশি।

বয়ো —ঐস্ন পানবাজারয়োমদা চৎকদবা থবক লৈবৈ।

আরতি—ঐখোই খরা হানজরগে। লেংঙসি মহেন বাবু।

( আরত্তিগা মহেনগা চৎখিবা; বয়ো নিংবা কাইনা য়েংছুনা লৈহৌই )

ইন্দ্রজিৎ—কানদেনে য়েংছুনা লৈহৌবদা মঙাইরেনে।

বয়ো —অচাকপা মৈদা খি হৈগনু।

ইন্দ্রজিৎ—ওহোকপা থোদোক্নি। য়ুমদাংবা উনজানা মপু শাহুনা চৎখরে। মপুনা মীনাই শাহুনা লৈহৌরে।

বয়ো —( শাওনা ) ইন্দ্রজিৎ। নাপ চাদবা। ( শাওনা চৎখিবা— ইন্দ্রজিৎ নোকুনা য়েংছুনা লৈহৌই )

লাইট

## অশুবা উৎপা

### আরতিগী যুম—তাড়াদা লৈবা

[ য়াম্না তরু-অহেনবা কানি। মহেন অমসুং আরতিনা মপুক্কিং মকা লাম্না নোক-নোক্লবা চংওকই ]

মহেন— অদোমগী রাঙাং শাঙাং প্রমাণ পাম্বে তাজবদা তশেংনা পুক্কিং অসিদা মুডাইবা অমা পোকই—Really very amusing —very charming—য়াম্না পুক্কিং হুখরে।

আরতি—পুক্কিং হুরিববু করিনো? ঐগী রাহৈ রাতাবুরা নৎত্রগা ঐবুরা?

মহেন— অনিমকপুনি হায়বা তাই।

আরতি—মহৌশাগী ইকাইবা অমদি মাইশোনবগী চাংদি ময়েং খর তারবোইরে।

মহেন— অসুম নকশিন্নরক্লবদি ইকাইনরম্বা অমদি হংগোইনরম্বা পূন্নমক মাংখিবা হায়বসে মশানা তাবান।

আরতি—মচুদা তাএ। ( অনি নোকমিন্নবা ) নত্তে—আদোমনা য়েংলি-বদো করিনো?

মহেন— মিস আরতিবুনি।

আরতি—পকমীনা শাওরোইদরা?

মহেন—শাওজশদ্রু। খুঙ্গংগী লৈরাং মানা সহরগী ইরাং করম্না উবা কংগনি।

আরতি—নিংথৌগী মনাকোং কল্লাংদা থেংনি হায়দুনা কনাগুম্বনা মঙোন্দা তমজুরবদি ?

মহেন— মহুদা অমাংবা নৈতে।

আরতি—অতোংবসু নৈতে।

মহেন— নৈ—নীংবদগী হেনবা অতোংবা।

আরতি—করিগী অতোংবনো অশিদনা ?

মহেন— নীংবা থুংহনবগী আশা পিবিরবদি হায়গে।

আরতি—তোকলো আশা পিবগী কান্নবা নৈতে।

মহেন— করিগী কি'রবনো ?

আরতি—করিগী কিরোই। ( নোকুনা ) রা অমত্তং হংজগে—অচুম্বা পাওথুম পিবীগদ্রা ?

মহেন— তাকপিয়ু।

আরতি—ঙসিদি ড্রামা রিহার্সেল লেপশি হায়নগ্রগা, ঙসি ঐগীদা লাকপিবগী মরমবু........?

মহেন— শাওনিংবরনে ?

আরতি— শাওজদে।

মহেন— ঐনা সিদা লাকপদা ইবেম্মদা য়ায়া অকাইবা নৈরবরা ?

আরতি—মহুসু নৈতে। মরমদবু খংজনিংবগী রানি।

মহেন— মরম অহুবুদি খংহনজনিংঙি—অহুবু হায়দোকপা ঙম্বগী থৌনা পিবীরবদি.........।

আরতি—ঐগী নাত্তা লাকপগী থৌবাদি নৈবীরগা রাহু হায়দোকপদা করিগী কিরিবনো হায়বিয়ু।

মহেন— মিস আরতি, ঐহাকে—আই মিন.........ঐগী.........।

আরতি—অদোমগী পুক্নিংগী রাদো পুকনুংদা অহুম লৈরশন্ন, ঐঙোন্দা তাঙল্লগা অদোমগী করি কাম্নগদগে ?

মহেন— মিস আরতি—।

আরতি—ঙসি অদোমনা অসুপ য়াম্না তকশিন্নক্লিবা করিগীনো ?

মহেন— ইবেম্মনা খংনা খংনা খংশিন্নিব্রিবদি করিগীনিনা ?

আরতি—ঐ অসে ড্রামা য়াঙবী নিপী অমনি।

মহেন— অহু ওইরবসু মীনি ইবেম্মগী খম্মোইদা মুপী ওইবীগী অখোৎপা খম্মোই লৈ।

আরতি—মীনদি ঐবু অহুম খন্দে।

মহেন— অহুবু ঐনদি খল্লি। ঐনা হায়জরি—আশা উৎপিরগা ঐবু নিংবা কাইহনবীগনু ঐগী প্রেম।

আরতি—অহুবু পঞ্চমীনা।

মহেন— পঞ্চমীনা মরম ওইহন্দুনা ঐবু নংগী ননাক্তগী থাপথোকহনগে নিংবীগনু।

আরতি—করে—অদোমবু ঐগী মরূপনি খনজরগে অহুবু মহুগী মমাংদা মরূপ ওইবা য়াবগী থোনা অমদি পাক্সল য়েংজবা তারে।

মহেন— মহুগীদমক্তা মাইরোং য়াজরি মিস আরতি।

আরতি—ঐগী মিংদা মিস পনবীগনু—আরতিদা হায়বিয়ু।

মহেন— আরতি—! হাইরো।

আরতি—ঙসি তোক্লসি—কোননা হায়রগে।

মহেন— কোননা নত্তে হৌজিকমক—প্নীজ।

আরতি—ঐগী য়া তারগা কিয়োইদরা ?

মহেন— কিয়োই।

আরতি—ঐবু লায়া খয়োইকো ?

মহেন— No! Never!

আরতি—ঐনা লুপা প'স্মী হায়রবদি—।

মহেন— ( হক্তানবা ) লুপা········ কয়ানো ?

আরতি—স্বপ্নগী চামথকতনিদা।

মহেন— চামা! ( মমাই মকশিনবা )

আরতি—( নোকুনা ) কিরবরা ? কিকনু অমুক থুন শিংগনিদা।

মহেন— ফরে হয়েং পিগে।

আরতি—নং শাওরবরা ?

মহেন— শাওদে—করিগী শাওগনি।

আরতি—নংনা শাওরোই খংতুনা ঐনা নঙোন্দা হায়রবা ঙম্লিবনি। মহেন বাবু, ঐঙোন্দা লুপা পিবীনবা মী য়ায়া লৈ অতুবু মখোইদা হায়তুনা ঐনা ইজৎ মাংহন্লিংদে। অতুবু নহাকপুদি ঐগী য়ায়া নকুবা মকপানি খন্নুনা হায়রিবনি।

মহেন— আরতি। ( আরতিগী খুৎ পাযগে তৌবা )

আরতি—চা থকখিদরা ? ( ফৎ হায়দোকপা ) বদন ! বদন !

( মতম অসিদা বয়ো চংঙকই )

বয়ো— হ্যালো মিস আরতি। Good evening!

আরতি—Good evening, করি থবক্তী ওইরবনো ?

বয়ো— ঐ অস্নুম·········।

আরতি—ঙসিদি ড্রামা রিহার্সেল মুমিৎ নৎতেনা।

বরো— ঐ থংবৈ অচুবু……… (মহেনবু উবদা) মাই গোদ। নহাক অসিদা মহেন। নাত্তে চাদবা। নত্তে মহেন, নংগা ঐগা ঙসাই উনবদদি পান বাজাররোমদা নখোইগী ওঝা অমা উনবা চৎকানি হায়রমবদাই অচুগা—নং মকম অসিদা। নাপ চাদবা।

মহেন— লম্বীদা আরতিগা উনহুনা।

বরো— অচুম্বরা মিস আরতি ?

মহেন— হংনিংঙাই লৈত্তে।

বরো— I see। মিস আরতি, স্বাইদা অমুক্ত……please—।

( আরতিবু খরা কৌথোকপা )

আরতি—করি ঙৈরবনো ?

বরো— ইবেন্মদা মহাক্না কা হেনবা য়াঙাং শাঙাংকাদি তৌদেকো।

আরতি—( ফং হায়দোকুনা ) তম্লেদা।

বরো— ডনবীরুগন্ত। play right অমদি Director অমা ওইনা ছিরম খুদিংদা অসিগুম্বসি কুপ্পা য়েংশিনবা তাবনি।

মহেন— পুক ফংতবা মীদি মী পুম্নবকপুম্ফ ফংতনা থল্লি।

বরো— You shut-up। ঐখোইগী ক্লব অসিগী নিয়ম নহাক্না য়াম্না মুন্না খংগাদবনি। রিহার্সেল নত্তবা মতম অতৈদা মকম অতৈদা actress কা য়ারি য়াত্তাই শাবা য়াদে। নিয়ম অসি নংনা ঙাক্ল চৎকদবনি।

মহেন— নিয়ম অত্র করানা শেম্বনো ?

বয়ো— ঐনবি।

মহেন— নিয়ম অহু শেম্বিবা নহাক নশামক্লা নিয়ম অহু থুগাইরিবা করিগীনো—মহু থংবা য়াগত্রা ?

বয়ো— You shut-up !

আরতি—কাগী কাগীদগী রা য়াম্না হেনজিম্নরক্লে তুম্মীনা লৈবীরো রা মখা তানবীরগনু।

বয়ো— নাপ চাদবা।

( মতম অসিদা বিনয় চংলকই )

বিনয়— নমস্তে।

আরতি--নমস্তে। লেংশিনহীরকউ। ময়াম রারি শাবীরম্মু। ঐ থুনা থোকচরক্কে। (চংখিবা)

বয়ো— অদোমসু মকম অসিদা ? করিগীমো নহানদি য়াম্না পোত্তনা রাজাও তাংলমহুনা চৎপিগ্রগা তসি অমুক আরতিগী য়ুমদা থোংদাবীররিবসিবু নিংথিবা পাওতাক কয়া তাকপিগে হায়হুনা লাকপিরিবয়া ?

বিনয়— তুম্মীন লৈবীয়ু।

বয়ো— What ! নাপ চাদবা।

বিনয়— মহেন, মপান্দা অমুক্তা থোকশি। নংগা রা থয়া তাংনগদবা লৈ।

মহেন— ক'রি রানো ?

বিনয়— হায়া মপান্দা থোকশি।

মহেন— হায়গদবদো অসিদা অসুম হায়য়ু—য়ানি।

বিনয়—য়া অসি নংগা ঐগদা ঙাংনবিনিংঙ।

মহেন—য়। অহু কোম্না ঙাংনরশি ঐ হৌজিক মপান থোকপা ওয়্নোই।

বিনয়—মহেন, I request you—হুপ্নগী মিনিট অনিদং মপান্দা থোকশি—য়াম্না অথুবা পাওনি।

মহেন—অথুবা পাও ওইরবদি অসিদা হেক্কা হায়য়ু। মপান্দা অমুক থোক্লুনা মতম মাংহনবগী কাম্নবা লৈতে। কাম্নদে বিনয় ঐবু মতম মাংহনগনু।

বিনয়—( শাওনা ) মহেন।

মহেন—নমিং ঙংখৎতুনা নংগী করিমত্তা তোংজবা লৈরোই বিনয়।

বিনয়—নহাক হোষ্টেল থাদোক্লুনা মেসদা লৈরগনি হায়বসি অচুম্বরা ?

মহেন—অচুম্বনি।

বিনয়—করি মরমগীনো ? ঐ খংবা য়াগব্রা ?

মহেন—য়ারোই।

বিনয়—মহেন।

খরো—মহেননা হোষ্টেল থাদোক্লুনা মেসদা লৈগদৌরিবগী মরমদি ঙসি ঙরাং অসি মহেননা হোষ্টেলদা হনজিন্নবদা খরা থেংঙি হায়দুনা সুপারিন্টেন্দেণ্টনা য়ানিং খরা পিরে।

বিনয়—ঐসু মহু ওইরমগনি খল্লম্মী।

মহেন—হৌজিক্কি চৎলো বিনয়।

বিনয়—মহেন নংবু ঙাওরবরা ? নহে তম্বা তোক্লুনা নৎতবা সজ তিন্নহুনা ঙাওশিন্নহুনা মতম মাংহনবসি চুমলিবরা ? নংগী বাবা খুড়া শিবদত্তগীদমক্তা করিমত্তা খল্লরোইদরা ?

মহেন —Will you stop ?

বিনয় —মহেন — ।

মহেন —ঐ খংভি বিনয় । ন না শাওগৎপগী মরমস্থ ঐ য়ায়া মুয়া খংভি ।

বিনয় —করি খংলিবা ?

মহেন — ফিলোসী ! হায়বদি কল্লকপা !

বিনয় —কল্লকপা ! মহেন, ঐবু নংগুয়া হম্বনা লৌগদ্র ।

মহেন —আরতিনা ঐবু পুনা চান্না ভৌবসিদা নংনা কল্লকই নৎত্রা ? ময়ামনা ঐবু খিংননবা হোৎনরি ।

বিনয় —You fool ! তুম্মীন লৈযু

( আরতি ইমু দগী ফিংনা চেখোরকই )

কদ'ইদগী মীচোপনো অসিবু । ( চৎখিবা )

আরতি—করি ভৌনপ্রবগে ?

বরো —করি ওইগদগে আরতি দেবী ? কাওগা শনগা য়াইনবনিদনা । নাপ চাদনা ।

লাইট

# মরিশুবা থৌংপা

শিবদত্তগী য়ুমনি ; মতমদি সন্ধ্যা য়াচংবগী মতম'নি ; পঞ্চমীনা তুলসীবোংদা ধূপ থাংমৈ কংলি—দেবেন চংলকই।

দেবেন —( লীলাগী রাগাংদা ) হে দেবী, সন্ধ্যাগী ধূপ-থাংমৈ কংলিবরা ? লোইরবদি ঐগোন্দা ডাকশিন্নকউ পুক্লিং চংনা ঐগী য়াওরা তাও। চিংলোন য়াংমদগী থারক্লি চিঠি অমা নংগী ন'মংদা। পীরবদি ঐগোন্দা ঐনা পান্বা মনা কংগনি নংনা চিঠিড়—নংত্রবদি থাদখিনি ঐনা তুরেলদা ন'গী মমল য়ান্নবা চিঠিসে।

পঞ্চমী—( লাংতক্লনা ) দেবেন, তামো মহেনগী চিঠিরা কদাই য়েংগে।

দেবেন—নত্তে নত্তে দেবী, ঐগী মনা হান্না পিখো, কংগনি চিঠি অদুগী তুংদা—।

পঞ্চমী—য়াগুম্ব' ইবুঙো ! ঐবু অমুক হংলমু চিঠিড় পিরো কৈদৌবগে।

দেবেন—ডাইবং ফম্বাক অসিদা য়াদনা মুডাইববু ফংবরনে দেবী ?

পঞ্চমী—ডাওশিন্নমু দেবেন—চিঠি অদু পিরো হায়বনি।

দেবেন—চিঠি অসি ফংনিংলবদি খোনজেল কবী পঞ্চমী, হান্না নংগী থুম্নবা ইশৈ অমক'।

পঞ্চমী—ইশৈ ! য়াচংবসিদা ! কনানা তাগদৌরিবা ?

দেবেন—কনানা তাগনি—নংগী দেবেন ঠাকুরনা।

পঞ্চমী—শুমাং লীলাদা থরাক্ট লুপ্লবা মহাবলীগী ঠাকুরনা।

দেবেন—করি মহাবলীগী ঠাকুর !

পঞ্চমী—হোই মহাবলীগী য়োং।

দেবেন—ঐবু য়োং ।

পঞ্চমী—মীগী চিঠি পুরক্লগা চোংবনে ফনবনে তৌরবদি……… ।

দেবেন—খবরদার । ঐগী শুমাং লীলাগী acting দা নোক্লরবদি নংবুস্থ ঐগী ওইরকদৌরিবী ইতৈমা হেক্তা হায়গনি ।

পঞ্চমী—ইয়া—মন্থ হাইস্থ হায়রগা ।

দেবেন—হাইৗন—ওইরকদৌরিবী ইতৈমা—হো ইতৈমা ! ঐগী ষুংশিরবী ইতৈমা !

পঞ্চমী—মন্থ হাইস্থ য়াত্রবদি নংগা ঐনা রা সুকভাং ভাংনরোইদবনি ।

দেবেন—ফরে. রা ভাংনদবা মীদা চিঠি অসি পিরুবদি য়াত্রবনিনা চিঠি অসি শেগাইখিবা ভারেদনা ।

পঞ্চমী—নত্তে, নত্তে, দেবেন ! ঐনা নভোন্দা খুক্লমজরি চিঠিহু শেগাইগন্থ ।

দেবেন—অদুদি ই'শ শকলো ।

পঞ্চমী—ইমাবোক ভারবদি ?

দেবেন—ইমাদি অ'—মনিংদা চাকশংদা লৈরমগনি ভারোই ।

পঞ্চমী হয়েং শকে—ভসিদি তোক্লশি ।

দেবেন—অদুদি চিঠিসু হয়েং লোরো ।

পঞ্চমী—দেবেন !

দেবেন—ইশৈ ।

পঞ্চমী—নংনা ভানিংলিববু করম্বা ইশৈনো ?

দেবেন—রাধা কৃষ্ণগী মরমদা । সুরনা কীর্ত্তন ।

পঞ্চমী—নিংথিনা ভাও । রাধা কৃষ্ণগী মরমদা শকপা ইশৈদি লক্লহৈদে নোক্লফদেকো ।

দেবেন—নেই—নেই, মছুগী রাখল লৈতে। নংগী ইশৈ অহুনা সুংশিরবদি ও-খোংনা কপচগদৌরিবা ঐনি—শে শকলো।

পঞ্চমী—( ইশৈ ) লোৎখরে ঙসি ব্রজগী
অমুবা থাজদো।
কাইনরে ঙসি কৃষ্ণ
রাই বিনোদিনী।
করিগী শিন্নবগে পিরাং
মিৎম্না থম্বাল অনিদা।
করিগী মকশিনবগে
স্না মানবী কুচুদো।
নহাক্কী ওইবা কৃষ্ণদো
লাকনি অমুক ব্রজদা।
কপ্পগনু অমুক
রাগনু থম্মোইদা।

দেবেন—আ—হা—হা—অমুক কপ্পগনু। কুইদ্রে পূজাগী ছুটি। কুইর-রোই লাক্লগনি গৌহাটিদগী নংগী কৃষ্ণদো। চিঠিগী মরোল তারগা পুক্নিং অহু ফাজিল্লু রাধে লোরো শে নংগী প্রেম পত্র। ( পঞ্চমীদা চিঠি পিরম্লগা দেবেন ইমুংদা চংখিবা; পঞ্চমী চিঠি ফাকতোক্নুনা পাবা—মমাই মকশিনবা; মতম অসিদা অরোনবা খোংথাংদা মহন নেশাদা তাওহুনা চংলকই )

মহন —পঞ্চমী!

( পঞ্চমী শংবা; চিঠিহু থুপচিনবা )

পঞ্চমী—নহাক।

মহন— মানি; কনানা পিরকপা চিঠিনো? মহেমনা পিরকপরা? কদাই ঐস্থ খরা পাগে।

পঞ্চমী—নহাক কৈদোগে চৎলো। বাজিহলস্থ য়ুমদা লৈতে—অনাবা য়েংবা চৎখি।

মহন— মহু থংহুনা নংগী ননাক্তা লাক্লিবনি। নখোইগী বাজিহলদো ঐখোইদা লৈহৌই। ঐখোইগী বাবাদা শেল পুবগী রা ভাংনহৌই। তাপ্পা অসিদা নংগী থাজা মানবী মাইথোং অদো অমুক্তা য়েংগে লাকপনি।

পঞ্চমী—চৎপ্রো চৎলো।

মহন— পঞ্চমী, নংনা ঐবু উরগা হেক্তা শাওবসি করিগীনোবে? ঐনাদি নংবু কয়াদা নুংশিজরিবা।

পঞ্চমী—নেশারালা! নংগুম্বগা রা ভাংনবা ঐ তুক্চে।

মহন— য়েংঙোই পঞ্চমী, নং অসিবু ঐগী ওইজবা কংলবদি কালিমাইনা শাক্কি নেশা চাবসে হেক্তা থাদোকনি। ইমা হাংপা পাপ পুগে—নংনা ঐবু অমুক্তা নুংশিনা য়েংবীয়ু—নংনা হায়রবতা ইনগনি।

পঞ্চমী—নিংথিনা হায়রিভৈদা নং অসিদগী চৎলোইদরা?

মহন— নংনা ঐবু হেক উরগা ছুই য়েন ভানবগুম তাল্লিবসি করিগীনো? ঐবু রাহজপস্থ অমুক। য়েংঙোই পঞ্চমী, নহাক অসিবু ঐগী ওইজবা কংত্রবদি ঐ ভাওহুনা চৎপা তারে—সত্য, নংনা ঐবু নুংশিবীত্রবদি ঐ দিনে থৌরি য়াম্দুনা হেক্তা শিগনি।

পঞ্চমী—চোপনিংত্রবদি থুনা চৎত্রো হায়রিবসিনি।

মহন— চোপ্প'! হা হা হা য়েংঙোই পঞ্চমী, নংগীদমক্তদি শিবা কিত্রবা ঐনিনে। শে—পঞ্চমী মংনা ঐবু............।

( পঞ্চমীগী খুদাং পাইবা )

পঞ্চমী—(শাওনা মখুৎ কনথোকপগা লোইননা ইনবা) ঐবু থাদোকউ। ( মহন তুবা ) চৎত্রো চৎলো।

( ইমু'দগী দেবেন চেনথোরকপা )

দেবেন—করি ভৌরে ? ( মহন চেনগে ভৌবদা দেবেননা মহনবু ফাবা ) কদাইদা চেনগনি। ঙসি ঐগী খুৎতগী নংনা লিৎকদবা কদাই-দনো ? নংবু ঐনা কয়ারক হন্না হাইরে ঐখোইদা চংঙকন্নু হায়দুনা। পূন্নমক অহু ননাদা হাপত্রবনিনা ঙসিদি নংবু থিক ভৌবা ভারে। ( মহনগী মঙক পাইবা )

মহন— খবরদার! ঐবু শোকন্নু হায়বিরিবসিনি ঐবু থাদোকউ।

দেবেন—শেরা মাগী লেংনম্নু ঐঙোন্দা শংগৎপা শারিএ। নং ঐবু শক খংত্রমাল্লেনে।

পঞ্চমী—দেবেন, থাদোকথরো। পাজিহল লাক্লনি।

( মতম অসিদা মাধবী ইমুংদগী থোরকই )

মাধবী—দেবেন, কৈদৌনরে ? করিগী খৎনরিবনো ?

মহন— য়েংঙোই ইন্সোমচা, নখোইগী দেবেননা কৈশু নৎতবদা......।

দেবেন—অমুকন্নু মচিন থিবা শারি। নংনা পঞ্চমীবু ইকাইবা পিন্নিবা নৎত্রা ?

মহন— ইন্সোমচা—ঐ করিন্নু ভৌদে।

মাধবী—দেবেন, মহমবু থাদোকখরো। খা রাংগী মীনা ভাগ্রগা কৰবা লৈরোই। পঞ্চমীনা কাইহৌরবা ওইরমগনি।

দেবেন—হুম। ইমাগী রাখল থাগৎনিংভাইনি। ইমা ম্নেংমিংদবা মুংশিদবা মী অহুগীদি খোংথাং খুদিং চুমদে খল্লি হায়বত্তুনি। অহুগা ইমা, ঐদি ভসি কাওবদা পঞ্চমীগী মরালদি উবা কংদে।

মাধবী—নং অভাংনি—নংনা করি খংগনি।

মহন— ইন্দোমচানা হায়বা অচুম্বা ভাকনি।

দেবেন—নং ভুম্মীন লৈয়। অমুকা ভাংলবদি য়ামাং পরেং অহু লোইনা থুদেকনি। নত্তে নং ঐবু শক খংব্রনে? ( খৌরি মেৎপা )

মাধবী—দেবেন!

মহন— দেবেন, নং ঐবু থাদোকচৌ। নৎত্রব দ ঐগী সজ ময়ামদা তাকল্লুরবদি নং জুগোৎ কয়া চাজরোই।

দেবেন—শিয়া নংগী সঙ্গকা পল্লগা ঐনা কিগনি নিংব্রা? খংভু ঐসু ইপা ইমানা কাওমত্রবা মচা অমনিনে। নং হৌজিক নথরাই লোংথোকউ হায়বরনে?

মাধবী—দেবেন।

দেবেন—করে, ভসিদি কনবীরগে। মতুং অমুক তৌরবদি নকোক অহু থম্মুংদা নমশিনগদবনি। চৎপ্রো চৎলো।

( দেবেন্না মথুংদা খোংপাকনা কাওবা মহন উপনা ভুবা )

মহন— ( কপলি কপলি তৌহুনা ) খুমুনা মথোংদা কনবা। খংগনি, মহন ঐবু ইকাইবা পিবা। ঐগী সজদা তাকল্লুগনি। খংভোইব্রদো। ( চৎখিবা )

দেবেন—হাই—নং ভুম্মীননা চৎচখোকো।

মাধবী—দেবেন, নেশা চাবা অঙাওবা অসিগা মাম্নরুহুনা করি কাম্নগদগে ?

দেবেন—ইমা, নেশা চাবা অঙাওবা মীদি ফুরগা ফবনি। কো পঞ্চমী ? ইমা, ঐ চাক চারগে চাক লোইরবরা ?

মাধবী—চাক চারগা চৎথোকপ্রম্নকো।

দেবেন—ঐ শুমাং লীলা য়েংবা চৎলুখিনি।

মাধবী—নংনা শুমাং লীলাদা হায়হুনা লৈ। নংগী বাবানা লীলা কালা য়েংবা থর থাদোকউ নহৈ তম্বদা নপুক্নিং থর চংডু হায়বসিবু নং য়াররোইদরা ? কুমাশ চহিসি পরীক্ষা ভমত্রবম্নু ওম্নকপা চহিদা ওম্নবা লাইরিক ল'ইস্নু থর য়েংডু হায়বসিবু নং ইম্নরোইদ্রা ?

দেবেন—লাইরিকসি ঐগা কয়া চুনদ্রে। অহুগা ঐগা পঙ্কবা শুমাং লীলা য়াওহুনা য়েংলশিনা খল্লে !

মাধবী—ভুম্মীন লৈয়ু ভানিংদে। লাকও লাকও ইমুংদা চংডকও।

( চংখিবা )

দেবেন—( ইমুংদা চংগে তৌক্নরগা পঞ্চমীনা মথরাক্ত ঙুংভাইভনা লেপ্তুনা লৈবত্তু উত্তুনা ) করি তৌরে দেবী ? লৈচিন মরক্তা থোকপা পূনিমা থাজগুম মাইথোং মক্না উববু কার তৌরবগেনে দেবী ?

পঞ্চমী—দেবেন, নংনা নেশাদা লুপলবা চন্দ্রবদনবু খিনা ফু-চৈহুনা ইকাইবা পিখিবসি য়াম্না চুমদে। বাক্সিহল তারবাদ শাউরনি।

দেবেন—অকনবগী ঈ চোল্ন ঐগী শিংলিদা-তোংদা। ঐহাক অকনবনি। খুদোং থিরবী হুপীজাবু কনবীবা হায়বসি অকনবা পাজনবগী মথৌনিনা দেবী।

পঞ্চমী—চৎলো অকনবা শামান লেংমাল্লবা, থেংনবদা ল্লায়রিপনি নশাহ্ন। খরদং চারগী বাজিহল লাকত্রিঙেদা শুমাং লীলা য়েংবা চৎচহৌরো।

দেবেন—মাম্নি দেবী—থল্লাইনা লুপচবা শুমাং লীলা য়েংবদা নৎতনা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঐনা শোইদনা শাগনি শুমাং লীলাগী নিংথৌ—শুমাং লীলাগী ছিল্লো। হা হা হা ( চংখিবা )

( পঞ্চমী মথল্লাই মুংঙাইতনা দারিদা ফমহ্নুনা লৈ, মতম অসিদা শিবদত্ত চংলকই )

শিবদত্ত—কনানো. পঞ্চমী!

পঞ্চমী—মানি বাজিহল। অস্নুপ য়াম্না থেংঙক্লিবা করিগীনো?

শিবদত্ত—হল্লকপদা মহনবু পোকপা নংগী খুড়া মাধবকীদা চংঙক্লুনা শেল খরদং পুগে হায়হ্নুনা ল্লা ঙাংনরক্লে! খুৎতা লৈরিবসিনদি মহেনগী শেল থাবা কোল্লক্লে। মহাক্লুদি চিঠি ইল্লকপা খুদিংদা শেল থারকউদা হাইদো। অহ্নুনা শেল অসে পুবা ঙাবনি। M.A. তম্বা হায়বসিনদি খজিক খরাকতা শেল চংবা নম্লেদো। য়েশা উপাই তৌহ্নুনা শেল থিবা তারে। তম্বা হৌক্লবা কৌবনিনা লৈক্লে হায়হ্নুনা তোকহনবস্নু চুমক্লে।

পঞ্চমী—ঙসিস্নু চিঠি অমা লাকই।

শিবদত্ত—হা, মহেনগী চিঠি।

পঞ্চমী—হোই।

শিবদত্ত—কনাদা ইল্লকপনো? ( পঞ্চমী খুমদবা ) ও! লা-য়েকতে হায়ববা?

পঞ্চমী — মন্থুগুম্বদি ইরকতে।

শিবদত্ত — অদুদি........।

পঞ্চমী— লেল থারকপা থীন্নে হাইরকই।

শিবদত্ত—অতৈদি হায়রক্কবা?

পঞ্চমী— হায়রকতে।

( শিবদত্ত মমাই মকশিনবা—চৌরজিৎ চংঙকই )

চৌরজিৎ—শিবদত্ত।

শিবদত্ত— ও চৌরজিৎ! চংলকউ লাও। ফম্মু।

( মখোই অনি চেয়ার অমমমদা ফম্মী )

পঞ্চমী, চৎলু চা কপ অনিদা লৌরু।

পঞ্চমী— হান্না খিত্তং চারবদি ফগদবা পাজিহল। ভসিগী করিমত্তা চাদ্রি।

শিবদত্ত—ভহাক্কং পোথাখিগে। চৎলো চা হায়বদু খর লৌরু।

( পঞ্চমী চংখিবা )

চৌরজিৎ—শিবদত্ত, নংদি নশাগী মরমদা করিমত্তা খল্লমান্নে। ভুম্বা চাবা অসিভদি মতম কাইদনবা হোৎনৌ। মুমিৎচুম্না চা থকুন্দা ভাক লেনগনু।

শিবদত্ত—লাইবক্কনি। অনুম্না লেল্লু হায়না তমগ্রমান্নে।

চৌরজিৎ—মহু অভাওবগী রানি। নত্তে নংগী নচানিপা দেবেনদি করম তৌবা ভারি?

শিবদত্ত--মাগী আশা ঐ থাদোকলে। করিস্থু কাম্নরোইদবা মচানি মহাক। মাগী মথৌ হায়ববু মুমিৎচুম্নাগী চাবগা কোইবগনা লোইরে। শাগৈ চেম্বনবা পোকপনি মহাক।

চৌরজিৎ—শাওনিংঙি হায়তুনা মহাকপু য়েংশিন্দনা পুমথা থাদোকপস্ত্র তৌগন্ন। আইদল ব্রেণ ইজ এ ডেবিলস ওয়ার্কসোপ হায়বা রা লৈবনি। লাইরিকতা মপুক্লিং চংগ্রবস্থ মহাক মশা ফবা মবুদ্ধি লৈবা নিপামচা অমনি। নহাকী অনিংবা লম্বীদা মানা হৈনত্রবদি মহাক্লা হৈনজবা মহাকী অনিংবা লম্বীদা ম'নং-মথা তমহনগ্রোদনা।

শিবদত্ত—খংগ্রে চৌরজিৎ, ম গীদমক্তা খনবদা কোক অসি য়াম্না শারে!

চৌরজিৎ—ফরে, মহেনগীনা করি করি তারি? চাং নাইনা চিঠিকাদি পিরকইদনা?

শিবদত্ত—পিরকই। মাগী চিঠিগী মরোল হায়দবু শেল থারকউ হায়বসিনা মরুনি। ন না খংলবছমঙাই M. A. দা তমখৎপসিদি ওস্থোক্লা খরচ চ'ওখরে।

চৌরজিৎ—ভসি ঐখোইগী বিনয়না চিঠি অমা থারকই।

শিবদত্ত—(লাংতক্লনা) মহেনগী রাকা য়াওরকপরা?

চৌরজিৎ—নঙোন্দা রা খর হায়নিংতুনা লাকপান। বিনয়না হায়রকলিবসিস্থ ঐ খাজদবা ভমদে। অতুগা মহেনগুম্বা মীশক অমনা ফংতবা সঙ্গদা তাওতুনা অমাংবগী লম্বীদা চৎলি হায়বসিস্থ ঐগী ইকমদা য়াম্না ওক্লা থোকখরে।

শিবদত্ত—করি ঐগী মহেননা ফংতবা সঙ্গদা তাওতুনা অমাংবগী লম্বীদা চৎলবা! চৌরজিৎ রা অসে তশেংনা নংগী নচা বিনয়না ইরক্লবরা?

চৌরজিৎ—ঐগী রাখলদা নহাক অমুক্তং গৌহাটিদা চৎতুনা মহেনগী মরমদা তাংদাংবা অধা খংদোকলুবনা চুম্মী।

শিবদত্ত— অদুগা বিনয়গা মহেনগা খৎন লাকনা .ভৌইকাদি হায়রকপরা ?

চৌরজিৎ—অশেংবা মখোই অনি খৎন-চৈনবগী থাকমদি মৎতে। তৌবথক্কি মহেননা বিনয়বু খর ইকাইবা পিবগী থাকম ওইনা তৌই।

শিবদত্ত— হা হা হা অদুনবিদনা। মহেননা বিনয়বু ইকাইবা পিবদুনা বিনয়না শাওনিংদুনা মহেনগী মথক্তা শেরান তুরান ইরকপা ওইরমগনি। ঐগী মহেনবু'দি নংনা খংলিবনি। নখোই ময়াম্না হায়রবদাইনে—"মহেন ইজ এ জুয়েল"। ঐগী থম্মোইনা হায়রি—ঐগী ইচা মহেন মথিং চৎলবা স্কোলার অমা ওইদুনা মপা ঐগী নাক্তা লাকনি। মচাক্তি মপা ঐবু লুনা-কিনা চৎপা মচা অমনি। ঐগী আশা, ঐগী মং অসে মহাক্না শোইদনা মংফাওনহল্লগনি।

চৌরজিৎ—ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌরি নংগী আশাদো থুবা ওইশনু। অদুবু নং অমুক্তং চৎতুন্না মহেনবু উনক চৎলু।

শিবদত্ত— চাব তুখা কাওবা চাং নাইবা কংস্রবা ঐনা গৌহাটি তাম্না চৎলুগদবসিগী মতমবু কদাইদনো ? অদুগীসু মথক্তা পূজাগী ছুটিসু থ'রক্লগনি।

( মতম অসিদা মাধব য়াম্না শাওনা চংলকই )

মাধব— শিবদত্ত।

শিবদত্ত— লেংশিনবীরকউ মাধব বাবু।

চৌরজিৎ—শিবদত্ত, ঐ য়ৌরগে।

শিবদত্ত— ফরে তাই। ( চৌরজিৎ চৎখি )

মাধব বাবু থুদাদা লেংশিনবীয়ু।

মাধব— কমত্রবস্তু য়ারগনি। শিবদত্ত, ঐহাক নঙোন্দা অরোইবা ওইনা য়া খরদং হায়গে লাকপনি। নংগী নচা কায়ল থুংদবা অসিস্তু য়ারকে হায়রগা য়ারকউ নংত্রবদি ঐ থবক মখা চৎথবা ভারে।

শিবদত্ত—ওসি অমুক মহাক্না করি তৌরম্নগে ?

মাধব— নহানস্তু ঐনা লম্বীদা চৎলিঙৈদা মানা তুংলোমদা লৈহুমনা থারকই। ঐনা মঙোন্দা করিস্তু হায়রুবা নৎতে। অদুবু নংগা ডাইশেন ওইননিংবদগী পূম্নমক অহু মিৎ-না উইশিন্দুনা খাংলবনি। অদুবু খাং-হৈবগী পনথৈ অমা লৈবনি। ঙাস অমুক ঐগী ইচানপা মহনবু মানা শাথিনা মু চৈহুনা ইকাইবা পিরক্লে। মসিদা মপা অম ওইনা ঐনা করম্না খাংহুনা লৈগনি।

শিবদত্ত—করি য়াহৌদগীনো হায়বহুদি হংবীরবরা ?

মাধব— করি য়াহৌগীনো হায়বহু নচাদা হংঙু। থুল অসিদা লৈকাই অসিদা মুমিৎ থুদিংগী নচা য়োং অসিগী মথক্তা য়াকৎ হেক্তা লাক্লবনি। অদুবু ঐনা নংগী নচানি হায়হুনা নমশিন্দুনা থম্মক-পনি। অদুবু অস্তুম্মক নমশিন্দুনা থম্বা য়াবা নৎতে। মাবু য়ারকউ।

শিবদত্ত—ঐনা য়ারকপদা ইন্দ্রবা মচানি মহাক।

মাধব— মহুনদি চৎনদে। মাবু মতিক চানা য়ারকউ। নৎত্রবদি ঐখোই খ্বাই পূম্নমক্তা মাগী মথক্তা থবক পাইখৎলগনি। মতম অহুদা নংনা ঐবু দোশ ভৌগনু। ওসিদি ঐ চৎলে। ( মাধব চৎখিবা, শিবদত্তনা ইন্নহুনা মাধবনা চৎখিবা য়েংহুনা

লৈহৌই , মতম অসিদা মাধবী ইমুংদগী থোরকই ; শিবদত্তনা মমাই লৈথোরকপদা মাধবীবু উবা )

শিবদত্ত—মাধবী মমুংদগী নংগী নচা অতোম্বগী মগুণ তাররিনি নিংঙি । অসুম্না ঐবু কয়া কুইনা মীগী খদাং মখা থাহনখিগদৌরিবনো ?

মাধবী— ঐবু করি ত্তৌ হায়বগে ?

শিবদত্ত—মমা নংনা কনখৎপদগী থোকলিবা নৎত্রনে ? ইমুংসিদা মহাক্না উশিংপা কনামত্তা য়াওত্রে । মুমিৎ খুদিংগী অমা নৎত্রগা অমা য়াকৎ ত্তাবা ঙমত্রে । খংঙু মাধবী, নচাবু মুংশিয় মহুদা ঐ য়াদবা লৈতে—অহুবু নচা মুংশিবনা নচাবু মাংহনগনু ।
( দেবেন ইমুংদগী থোরক্লগা মপাললোমদা চৎকে ত্তৌবা )
কদাইদা চৎলিবনো ?

দেবেন—থবক লৈ ।

শিবদত্ত—করি থবকনো ? মুমিদাং অসিদা মপান্দা করি থবকনো ?
( দেবেন খুমদবা ) খুম্মু । করিগী ত্তুম্মন লৈরি ?

মাধবী— শুমাং লীলা য়েংবা চৎকদৌরিমাক্লে ।

শিবদত্ত—নংনা য়াহনা চৎকদৌরিবরা ? হানে ? য়ারোই । নং চৎপা য়ারোই !

মাধবী— দেবেন, ইবুঙো, ঙসিদি ত্তোকলো । চৎলো তুমমুরো .

দেবেন— লীলা য়েংবা চৎলগা কৈদৌরবগে ? ঐ চৎকনি ।

শিবদত্ত—ঐনা চৎপা য়ারোই হায়রিবসিনি । ঙসি অসি ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদি নহাক মতুং ত্তাবা কয়া কৎলোই । মুম্না য়াখল ত্তৌ । খংঙু দেবেন নংগীদমক্তা খনবদা ঐ ঙাওরবনি । ঙসি অসিবু

ঐনা হায়বা ইন্নবা—নহাকী রাখলদগী ঐ লানথোক্লগদবনি। নিংখিনা হায়রিবৈদা ইমুংদা চ'ঙু।

মাধবী— চ'ঙোনে দেবেন নংবু।

দেবেন— ঐদি চৎলুনি হায়রিবসিনি। ( চৎখিবা )

মাধবী— দেবেন! ইবুঙো! নংবু হল্লকখোনে।

শিবদত্ত—(য়ায়া শাওনা) মাধবী, কৌকনু থাম্মুনু। চৎহলগ্রো। মহাক অমুক য়ুমশিদা খোং থাংজিল্লকপা য়ারোইদবনি। থংঙু মাধবী, ঙসিদগী ঐগী ইচা অতোম্বা শিখরে হায়বা লৌরগদবনি।

লাইট

## বিশ্রাম

## অনিশুবা অঙ্ক

### ১বা উৎপা

আরতিগী কা; মতম মুমিদাংনি; আরতি য়ায়া কেনা নৌনা film-fare অমা য়েংলদুনা হংগৎ হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী; মতম অসিদা মিঃ বরো য়ায়া কেনা মথুৎতা থাতা অমা পাইরদুনা চংঙকই।

বরো— হ্যালো Good evening.

আরতি—Good evening, লেংশিল্লকউ। চেয়াররোমদা লেংশিল্লু।

বরো— Thank you. ( ফম্বা ) নাপ চাদবা।

( চুরুট লৌথোকুনা চমদুনা থকপা )

আরতি—অদোমগী ড্রামা পার্টিদি কাইরবনি অদুগা ঙসি ঐগীদা…… ।
বরো —চুম্মী, ঐগী হান্নগী পার্টিদি কাইনরে পুংভোই তোইরে চুম্মী । অদুবু playright Director Mr. বরোগী আশাদি কাইত্রি । নাপ চাদবা ।
আরতি—হৌজিক অনৌবা করম্বা প্লান ?
বরো— অনৌবা ড্রামা পার্টি অমা কোর্ম তৌগে হায়দুনা য়াম্না কন্না হোৎনজরি । ঐগী play দা মিস আরতি দেবীনা হিরোইনগী রোল কুম্বীবা হায়বসে Mr. বরো ঐগী অমত্তা ঙাইরবা আশানি ।
আরতি—ঐগী লাইবক ফবনি ।
বরো —হা…হা…হা…হা নাপ চাদবা ।
আরতি—Drama Script পু ইবা লোইবীরবরা ?
বরো — লোইশিনজগে হায়দুনা য়াম্না কন্না হোৎনজরি । আরতি দেবী, ঐগী হন্দক্কী প্লে অসিদি ওস্তোকপা অনৌবা মওংগী লীলানি মখাদা ময়েক শেংনা ইগনি "এডপস ওনলি" ।
আরতি—"পাখং শরিগীদমক্তা হায়না ইগদবা । ( নোকপা )
বরো— Really ঐগী হন্দক্কী অনৌবা Script অসিগী Heroineদি ইবেম্মনা লেপচরবনিকো ।
আরতি—ঐগী লাইবক ফবনি । হায়বদি মিষ্টর বরোনা শেল অমসুং মিংচৎ পিবীগে হায়বসিদা য়ারোইদবা জগৎতা লৈবরা ?
বরো —হোই হোই । নাপ চাদবা ! অত্তদি ঐ ঙসিদি হনজরগে Good night.

আরতি—Good night.

বরো —অদো ইবেম্মগী রেলউইশর অমা ওইনা রা অমত্তং হায়জরমগে মহেনশে পঙনক নকশিন্নবীগন্নুকো। He is a dange• rous fellow. করে বাই বাই। ( চংখিবা )

( আরতি হায়ফেং নোক্লগা হুংশা স্বয় মপি শাংনা হোন্দোকপগা লোইননা ইন্জি চেয়ারদা ফমথবা—মমিং উইশিন্দুনা রাখল তৌদুনা লৈবা মতম অসিদা ইন্দ্রজিৎ চংলকই )

ইন্দ্রজিৎ—নমস্তে আরতি দেবী।

আরতি— নমস্তে। লেংশিল্লু চেয়াবদা।

ইন্দ্রজিৎ—খর মুঙাইবীরিবরা ? ( ফম্বা )

আরতি— শিবা ঙাইদুনা পাল্লিবা হায়বদুনি।

ইন্দ্রজিৎ—হোই ঐস্সু মীস্সু মী খুদিংমক যম লৈপাক্তগী সমন ঙাইদুনা লৈনবা ঙাক্তনি।

আরতি— অচুম্বনি।

ইন্দ্রজিৎ—বরো বাবু লম্বদা থেংনরম্মী অসিদা লাক্লবরা ?

আরতি— লাক্লম্মী। মাগী অনৌবা ড্রামা পার্টি অমা reform তৌরগনি হায়রম্মী।

ইন্দ্রজিৎ—মহু ওইথোক্তবনি Impossible! মরমদি হুপী নহাদা কল্লক মীহোৌবা মানা লুচিংবা পার্টিনা কৈদৌঙৈদম্ম হিংবা ঙম্মোই। খংবীয়ু আরতি দেবী ঙসি মহাক্না সিদা লাক্লমলিবসে Drama গী interest তা নত্তে ইবেম্মগী interest তা লাক্লম্বনি।

আরতি— হোই, মহুদি মাগী রাঙা'দা ক'বা ভন্মী।

( মতম অ'সিদা বিনয় চংলকই )

ইন্দ্রজিৎ—লেংশিল্লকউ। করি থবক্কী ওইরবনো ? অদোমগুম্বা ফিদম-নকব ওইবা মীশক অমনা আরতি দেবীগী মুমদা—।

আরতি — কম্বীয়।

বিনয় — মহেন লাক্লম্বরা ?

আরতি— ভসিদি লাকত্তেনা।

ইন্দ্রজিৎ—বিনয় বাবু, তশেংবা মহেনবু থিবা লাকপিবরা ? নৎত্তুনা অতৈ অমগী......... ?

বিনয়— পাখোং চনবীগনু। হায়বীরিবদো করিনো ?

ইন্দ্রজিৎ—হায়বদি অদোমনা অসিদা লাকপসি থাজেশেংনুমক মহেনবু থিবা লাকপরা—নৎত্রগা মহেন হংবদা থোদোংত্তুনা আরতি দেবীবু উনিনিংত্তুনা লাকপরা হায়জরিবা।

বিনয়— You shut-up, ইন্দ্রজিৎ বাবু, মী খুদিংমক অদোমগুম্না পুকচেল পিক'নি খনবীগনু। লিক্লি মচেৎপু মণিগুম খনবা মীশক অদুদি ঐ নত্তে।

ইন্দ্রজিৎ—What do you mean ?

বিনয় — অদোম্না পাৎৎপিরিবা করিগীনে ? মহুনা ভাকপদি অচুম্বা রা হায়বদা অদোম্না খাংবা ভমদে নৎত্র। ?

ইন্দ্রজিৎ—Will you stop ?

বিনয়— ঐদি ভুম্মীনন্না লৈরি।

আরতি-- য়েংবীয় ফাগী ফাগীদগী অনি খৎনরকপা ভারে। Please

ভুম্মীন লৈবীরো। ( বিনয়দা ) কম্বীয়। মহেন উনরগা চৎপী-
গদবা নৎত্রা ? মহাক ওহাক লৈরবদি য়োরক্লগনি কম্বীও।
( বিনয় চেয়ায়দা ফম্মী )

ইন্দ্রজিৎ—আর্‌তি দেবী, ঐনা লাকচবগী মরমদি ঐশু য়াম্না থুনা ক্লব অমা শেমজরগে হোৎনরি। য়াম্না থুনা ড্রামা অমা রিহা-সের্ল হৌনবা ভৌজরগনি। অদোম্না Heroine গী শক্তমদা কুপ্পীবা তারি।

আরতি— য়াম্না ফবে। ড্রামা লাইরিক অহুগী মমিংবু করি কৌবগে ?

ইন্দ্রজিৎ—"খুজাম চক্ষু।"

আরতি —( নোকুনা ) "খুজাম চক্ষু"। কনানা ইবনো ?

ইন্দ্রজিৎ—ঐনা ইজবনি।

আরতি— Very good.

ইন্দ্রজিৎ—অদোমদা ঐগী লাইরিক অহুগী Copy অমা পিজরক্লে। নিংখিনা পাবিয়ু। অদোমনা শাপদোরিবা রোল অহু য়াম্না লুবা জাৎনি। Heroine না কল গার্লগী শক্তমনি।

আরতি— কলেজ গার্ল ?

ইন্দ্রজিৎ—নত্তে নত্তে কল গার্ল হায়বনি। রা অসিগী অর্থদি খংবিররিনিদনা ?

বিনয়— খংজ্রবসু অদোমগী খুজাম চক্ষু অহু শেংনা কেংদোকউ। অহু ওইরবদি আরতি দেবীনা য়াম্না লায়না খংবা ওমগনি।

ইন্দ্রজিৎ—Will you stop that nonesence |

মহেম— ঙসিদি শাওনিংবা পুম্নমক কাজিন্নগা ইংনা-ভগ্না নৈনশি। নাত্যকার অমগী মশুগ লৈরমগনি লৈরম্মোই হায়বদি ঐনা হায়জবা ওমত্রে। অদোমগী বাঙাং তাবদা নাত্যকার অমনি হায়দুনা লৌজবদগী ঐগী মোট খরদং পিজরি—মতুদি চাওখৎ-লবা যুগনি থা লৈপাক্তা মী কানরব। মতমনি হায়দুনা মং লৈপাকী রারীগুম ওইথোক্তবা রারীদা ওইথোক্তবা রাকম্না লৈত্তেং ওইদুনা ড্রামানি নাটকনি হায়দুনা পংই ইশিনবম্ন ভোবীগন্নু। হৌজিকী সমাজদা হৌজিকা রাকমদা নৈনবা য়াবা রিএলিষ্টিক ওইবা প্লে ইথিযু।

ইন্দ্রজিৎ—(করেন্নদুনা) মখা হায়খবীয়ু লৌবা য়াবা পাওতাক লৌজগে।

বিনয়— ড্রামা হায়বা নাটক হায়বা অসি শিক্ষা হায়বদি সাহিত্যগী মচাক অমনি। ড্রামা হায়বসে ফংতবা নত্তে অকবনি, নংত্রবদবু রামকৃষ্ণপরমহংসনা নাট্যকার গিরিশচন্দ্রবু থম্মোইদা চেংনা কোল্লমগত্রা? ড্রামা লাইব্রিক অমা ইবা তারবদি ওাদয়েন্সকী মপুক্লং মুংঙাইনবনি হায়দুনা Western Style দা থম থেংনা পুশিন্দুনা ঐগী ঐগী দেশকী শিক্ষা সংস্কৃতি অমদি চৎনবীগী রাংমদা ইবা ড্রামা অদো য়েংবদা ফজরবস্নু মুঙাইরবস্নু, চেনা শ'বা মনম য়াওদবা লৈগুম্না ফজৈ হায়বদা থোকনি। মতু খংনা......... |

ইন্দ্রজিৎ—( শাওনা ) you shut-up! খুমুংগী পাওতাকশিং অমু তাননবা ঐগী নাক্তোং পান্দে।

আরতি— অমুক নৈনবীরগন্নু। শোইদনা খংনরকপা তারে।

বিনয়— ডাকপিয় আরতি দেবী। ঐ ভুম্মীনুনা লৈজরগে।
( মহেননা মপালদগী "আরতি" "আরতি" হায়না কৌহুনা ইমুং য়ৌনা চংঙকপা )

আরতি—কৈদৌরে অস্থক থেংঙর্বদি ?

মহেন— ( বিনয়বু উরকুনা ) বিনয়, নং মতম অসিদা ? ( ইন্দ্রজিৎপুবু উরকুনা ) এ ! ইন্দ্রজিৎ বাবু কৈদৌরে—করি থবকনো ?

ইন্দ্রজিৎ—( শাওরুংবনা ) আরতি দেবী, ঐ চৎচরগে। হয়েং ঐগী লাইরিক "খুজাম চক্ষু". হায়বছুগী Copy অমা পিজররগে। নমস্তে।

আরতি—নমস্তে। ( ইন্দ্রজিৎ চৎখিবা )

মহেন—( কপ্পগা ) বিনয় মকম অসিদি নংগী করি করবা লৈ ?

বিনয়—নংগী ননাক্তা লাক্লিবনি।

মহেন—ঐগী নাক্তা ? অছুদি মকম অসিদা করিগীনো?

বিনয়—মকম অতৈদা নংবু থিবা কংত্রছুনা মকম অসি তান্না লাক্লিবনি।

মহেন—ঐবু উননিংঙি হায়ছুনম্থ মতুংদদি মফম অসিদা অমুক হন্না লাকমু।

বিনয়—( করেম্নছুনা ) অদোমগী বা ইনজবা তাবেদনা।

মহেন—ফাগী নত্তে বিনয়—ঐদি য়াম্না সিরিয়াসলি হায়রিবনি।

বিনয়—ঐস্থ লাইনা খল্দেনা।

মহেন—হায়গদবা রাদো পরপ পরপ হায়রগা চৎলো।

বিনয়—থবক য়াম্না চিনবরা ? ( য়াম্না চিংলেম্না ) মহেন, পরীক্ষা নকশিল্লক্লে।

মহেন— ( শাওনা ) বিনয় ।

বিনয়— ( শাওনা ) মহেন । ( শংত্রিক য়েংনবা ) ( মুংশা স্বর মপি শাংনা হোন্দোক্লগা ) মহেন, শিবদত্ত ওঝাবু নিংশিংলিবরা ? লৌরি য়ুম্ফম য়োম্থোকুনা মহাজনদগী শেল পুদুনা মচাগী M.A. তম্নবগী খরচ থারক্লি । অদুগী......... ।

মহেন—Will you stop ।

বিনয়—অদুগা দেবেনবু নিংশিংলিবরা ? মপাগা খংনদুনা ময়ুম থাদোক-তুনা চেল্লক্লে । ময়াম্ববু উননিংদুনা হোষ্টেলদা চংলুই অদুবু উনবা ফংত্রে হায়দুনা গৌহাটিগী Railway station দা কমদুনা লৈরম্ব', লাইবক ফদুনা ঐগা থেংনরুই । অদুবু ময়াম্বনি হায়দুনম্মু মনাও নিপাবু অসিগুম্বা মফমদা চংহন-নিংদবদগী দেবেনবু ঐনা ঐগী হোষ্টেলদা থনমলি । বা অসি নঙোন্দা খংহনগে হায়দুনা লাকপনি ।

মহেন— কল্লি অমুক হায়নিংঙাই লৈরি ?

বিনয়— লাক্লিবা থাংজ পূজাগী ছুটি অসিদা ঐ য়ুমদা থোকদৌরি দেবেনম্মু ঐগা লোইননা চংলগনি, ঐনা আশা তৌই ঐগী মরূপ মহেনম্মু ঐগী খোংবু ওইগনি ।

মহেন— হায়গদবা লোইরবরা ? হৌজিক্তি ঐবু বিদায় পিরো ।

বিনয়— কিগদু, ঐ নঙোন্দা অমুক ওংলয়োই । চংত্রিদ্বৈগী মমাংদা বা অসিমদি হায়রমগে—নংবু পোকপা খুড়া ইবুঙোনা ঐঙোন্দা চিঠি ইরকই মদুদি ঐনা লাকপদা নংখুম্মু লোইনরকউ হায়না । হায়যু নহাক ঐগা লোইননা চংকদ্রা ?

মহেন— করিগীনো ? ঐবু অঙাংলা ? ঐগীদমক্তা য়ানিংঙাই লৈতে।

বিনয়— অঙাং নত্তে হায়ত্তুনা য়ারিবনি।

মহেন— বিনয়।

বিনয়— ফরে ঐ চৎলগে। আরতি দেবী, ঐ চৎচরগে। নমস্তে।

আরতি—নমস্তে। ( বিনয় চৎখিবা ) পারফেক্ট জেন্টলমেন।

মহেন— জেন্টলমেন! হুম—বদমাস! পুক্নিংগী থৃপ্পবা আশা অমগা লোইমনা নংগী ননাক্তা লাক্লিবনি। আশাগী ময়োলকা পুংকং ক'থরে। বদাইদগী চাওথৎতবা অমা লাক্লুনা—। ইডিয়ট।

আরতি—মরূপপু অদুক থিনা চৈরিবা করিগীনো ?

মহেন— মরূপ! থংভু. আরতি, মরূপনা য়েক্নবা ওইরকপসিদি খাংবা ঙমদে।

আরতি—ঐগী য়াখলদদি বিনয় অসে নংগী ভ:শংবা মরূপনি। করম্না য়েক্নবা হায়রিবনো ?

মহেন— নংগী ননাক্তা ঐনা লৈবসে মানা পামদে। ঐগী অনিংবদা ওৎলিবা, থৃপ্পাইগে নিংলিবা মীশক অদু য়েক্নবনি হায়রোইদরা। ফরে, মাগী য়াসে তোক্লশি। তারতি।

আরতি— করিনো ?

মহেন— আরতি, নংগী য়াখলদা পুক্নিং হকচাং লুপখিবনা ইহৈদা পুক্নিং চংবা থর য়াৎখিবদগী অমদি কলেজদা চাং নাইনা এজেন্দ তৌচৌদবদগী হৌজিক্তি ঐ অয়াবা অমা ওইরেদো।

আরতি—করিগী অয়াবনো ?

মহেন— করিগী ওইগনি—পরীক্ষাগীনিদনা।

আরতি—কেন ওইরগনি অসিন্না ?

মহেন— চাং নাইনা কলেজ এটেন্দ তৌহৌত্রে, লাইব্রিক য়েংহৌদরে করম্না পাশ তৌগনি।

আরতি—ঐনা নহাকপু শোয়দনা পাশ তৌহনগনি মহুগীদমক্তা লাংতক্ত-ক্লগনু।

মহেন— করম্না আরতি ?

আরতি—মহুমু শেলগী মথক্তা লৈরে।

মহেন— ( শাওরপনা ) শেল! নংগী মকমদবু ৱা অমতং হায়ক্লরবদি শেলগী দরক'র হেক্তা ওইবা।

আরতি—অঙাওংদৌনা শাওরিবা করিগীনো ? দুনিয়াসিদা শেল নত্তনা করি থবকপু পা'থোকপা য়াবগে ? চহি মাংহল্লনা পাশ তৌনিংলবদি নংগী নহুৎ শিন্দুনা পরীক্ষাদা কয়নবা মী অমা নেক্লোইদরা মহুগী শেল চ লোইদরা ?

মহেন — মহুরা ?

আরতি—মসি নৎতনা ক'র পাম্বৈ লৈরি ? চুম্নগী পরীক্ষামু নত্তে M. A. গী পরীক্ষানি। নংগী নহুৎ শিন্দুনা পরীক্ষা পিনবা মী নেকপদা য়ামজবদা লুপা লিশিং অমা চংগনি।

মহেন— আরতি নংনা মী অদো শোইদনা থোরাং তৌবীবা ঙমগদরা ?

আরতি—শেলবু লৈরবদি কংলোইদবা লৈতে। মহুগীদমক্তা নকোক শাক্লগনু।

মহেন— করে অচুদি, মরম অমদা পুথোক্লনা শেলগীদমক্তা য়ুমদা চিঠি ইপ্রগে। নংনা ঐগী মাই চোঙনবা শিনবীয়ো ?

আরতি—ঐ অসে নংগীনি। আরতিনা মহেনগী মাই খুননবা শিনগদরা ?
মহেন—( হরাওনা ) আরতি, নংনা ঐবু কনবীরে। ( চোংশিন্দুনা আরতিগী মখুৎ অনি পাইশিল্লগা ) My good darling ; you are............ ।
আরতি—( মহেনগী মচিনবানদা খুৎ থম্লগা ) No more please, ( খুদক অসিদা মিঃ বরো মখুৎতা খাত্তা অমা পাইদুনা দিল মুংঙাইনা চংঙকপা—মহেনগা আরতিগগী মত্তৌ উবদা নিংবা কাইবা ; শাওনা খাত্তা অদু আরতিদা লংশিল্লগা "নাপ চাদবা" রাহৈ অসি হায়রল্লগা চৎখিবা ; আরতি অমসুং মহেন নোকুনা য়েংদুনা লৈহৌই )।

লাইট

## অনিশুবা উৎপা

শিবদত্তগী য়ুম ; মতম মুমিদাংরাইনি ; পঞ্চমী মথরাই মুংঙাইনা ইশৈ শকুনা লৈরম্মী।

—ইশৈ—

( ইশৈ লোইরমদাইদা মহন য়ুগী নেশাদা তাওদুনা চংলকই )
মহন— পঞ্চমী। তারিবরা পঞ্চমী ?
পঞ্চমী—কনানো ?
মহন— নংগী মুংশি থোংজিন্দা মুংশি তিক্কা নিজরিবা মীশক অমনি। নংনা ঐবু হেক উবগা নমাই লৈথোক্লিবা করিগীনো ? মহুম তৌগদু ঐগী থম্মোই অসিদা ওস্তোক্লা শোকখরে।

পঞ্চমী—নং মকম অসিদগী থুনা চংখরো।

মহন— ঐবু মুংশিবীবগী মরিক অমা কাওবা নংগী থম্মোইদা পোক-অবরা পঞ্চমী ? নংগী থম্মোই অদুবু মুংনা শাবরনে ? নংবু ঐগী ওইজবা কাত্রবদি সংসার অসিদা ঐ হিংদুনা লৈবা ঙম্মরোই। ঐদি হেক্তা শিগনি।

পঞ্চমী—নিংথিনা হায়রিবৈদা নং চংলোইদরা ?

মহন— নংনা ঐবু তাল্লিবা করিগীনো ? মহেন, দেবেন মচিন মনাওসু লৈতে খুড়া ইবুঙোসু অনাবা য়েংবা চংথি ইন্দোলবেশ্মাসু অা চাকশংদা·········অদুনা·········

পঞ্চমী --(রাম্মা শাওনা) অদুনা আস পাম্মী নংত্রা ? ( মহনগী খজাইদা খুপাক্লা থাবা )

মহন— হা···হা...হা · পঞ্চমী, নংনা ঐগী খজাইদা খুপাক্লা থারবা ! করে, ঙসিদি অওইবা বা খর হায়বিরমগে নংগা ঐগা শোইদনা লুহোংগনি। কুণ্ড পরেং শোইদনা হুকদবনি ঐঙোন্দা। খংজু নংনা মতম পুম্নমক্তা আশা তৌজরিবা মহেন অদুদি ঐগী ইচল মুপী কমলাগা লুহোংগদৌরিবনি। মরম অদু কৈবনা ঐখোইগী বাবানা মহেনগী M. A. তম্বগী থরচ কাওবা য়েংশিল্লিবনি খঙেদনা ? মহেনগা ঐগী ইচল কমলাগা—অদুগী তুংদা পঞ্চমীগা মহনগা—খংজো মসে খত্তসিদ্ধনি ঐ চংলে নঙোন্দা অমুক ওৎলরোই। ( চংথিবা )

( পঞ্চমী মথরাই মুত্তাইত্তনা লৈহৌই )

পঞ্চমী—করি ! মহেনগা কমলাগা·········।

( ইমুংদগী মাধবী থোরকই )

মাধবী— পঞ্চমী নংনা মুংবুংননা কমদ্রুনা লৈরিবসিবু করি রাখলনো ? নমিৎ অছু উত্রা মুমিৎ অসি ভাশিল্লকদোরে ইমুংগী থবক ইংখাং খর য়েংশিল্লু চৎলুনে। অত্রুগা রা অমগা.........

( পঞ্চমী রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ইমুংদা চংখ )

ঙসিদি ঐগী অওইবা রা হায়রিবরিবসিনি। নংনা ঐগী ইচা মহেনগী আশা থৌজরিবদো কান্নদবা রাখলনি।

( শিবদত্ত লায়েংঙুবদগী মশা য়াম্না চোকথনা চংলকই )

আতিয়াগী থাবু লামগে খঞ্জরিবদো নখল্লাং তেক্লুনা তারকপা নৎতনা নংগী করিস্থ ওইজবা কংলোই।

শিবদত্ত—মাধবী, নংনা মতম পুম্নমক্তা শৌ শৌ লাওহুনতা লৈরিবসিবু করি তৌরবগে ? কনাদনো নংনা ঙাংলিবহুবু ?

মাধবী— মনাৎ নত্তনা যজ্ঞোম চাজনিংবা লম্বীগী চাকনিবানা মহারাণী ওইনিংবা য়াম্না লৈরে।

শিবদত্ত—মাধবী ! নংনা হায়রিবদো কনাগী মরমদনো হায়বহুস্থ ঐনা খংদবা নত্তে। পঞ্চমীগী মরমদা নত্তবা রাখল খন্দুনা নশাবু অনেম্বা থাক্তা পুথগনু। মাগীন হায়বদা হম্না য়েংবদা কনা উজত্রবী মরাইবক খিরবী চুপীমচা আসবু নংনা অসি য়ৌনা তাথি তাওইনা তৌরিবসি করিগীনো ? চুম্বরনে ? করিগুম্বা মতমদা নংনা হায়বা রা খুদিংদ. মানা হিকত্তোকপা ঐদি উদেন।

মাধবী— পুক ফবগী শরুক থুংদে হায়বা অসিমদি খক কাওবীগনু।

শিবদত্ত—মাধবী, ঐ য়াম্না কোক শাহুনা লাক্লিবনি রা মখা ভারগনু। মহেনগী চিঠি অমা লাকই।

মাধবী— করি হায়রক্লিবা ? মশা ঙমদে খোৎতে হায়রক্লবরা ?

শিবদত্ত—মহাক্লবু করি হায়রকদগে শেল থারকউ অসিনিদনা।

মাধবী— কয়া থারকউ হায়রিবা ?

শিবদত্ত—য়ামদে লিশিং অমত্তনি।

মাধবী— লুপা লিশিং অমা ! অদুক য়াম্বা লেশদি করিগীনি হায়বগে ?

শিবদত্ত—লাইরিক লাইশু লৈগনি পরীক্ষা নর্কাশল্লক্লে হায়য়ক্লি। খংজে ঐবা ভৌগদবসে।

মাধবী— হায়রক্লবনিনা দেশা উপাই ভৌদুনা থা'বা ভারেদনা।

শিবদত্ত—দেশা উপা'ই অদো লৈশিল্লক্তরে চিঠি হেক থারকপা থুদিংগী শেল নত্তনা মানা করি হায়রকপা লৈগ্রবগে। চত্থম চত্থমনা অভোম্বা ওইদুনা থাগ্রিবা শেল অাস মশিং নাইজে—মীগী মরলনা খাং কোইশিল্লক্লে সিদগীদি য়ুম ইংখোল য়োম্বোকপা তারক্লবনি। ( মাধব চংলকই )

মাধব— শিবদত্ত বাবু।

শিবদত্ত—এ-মাধব বাবু লেংশিল্লকউ খুদ, শোমদ, লেংশিল্লু। ( মাধব ফম্মী ) চৎলু মাধবী চা লুং খর ভৌরকউ। ( মাধবী চংখিবা ) করি থবক্কীনো মাধব বাবু ? অনা অযেক য়াওবরা ?

মাধব— অনা অয়েক ( নোক্নুনা ) খংডু শিবদত্ত ঐ'দি নঙোন্দা শেল পিবা লাকপা নত্তে ঐগী নঙোন্দা লৈবা হিসাব অদু শেংদোক্লবা লাক্লিবান।

শিবদত্ত—হোই হায়রফম থোকপা য়ানি।

মাধব— নংগী নচানিপা মহেননা M. A. তম্বগী শেল থুমগী মরমদা

নংনা হায়কাংথিভৈনা ঐনা থুং হেক্তা লাম্বোকইবসি নংগা ঙাইশেল ওইনিংবগী আশাদগীনি।

শিবদত্ত—হায়বিরিবহুবু............ ?

মাধব— ঐগী পুক্লিং নংনা শোইদনা খংকয় খোকই। নহাকী নচানিপা মহেনদা ঐগী ইচা কমলা থাজগে হায়বসে ঐগী মতম কুইনগী মথাংদগী নিংজরক্লবা আশানি অদুনা ঐগী আশা অসে নংনা কাইদনবা শিল্লু। অদু ওইরবদি পুম্নমক ইফ ফনগনি।

শিবদত্ত—অদুদা.........।

মাধব— অদু আদা অমুক তৌরগদু। হন্দক লাক্লিবা পূজাগী ছুটি অসিদা মহেনসু বিনয়সু লোইনা খোরক্লগনি হায়না ভাই অদুনা হন্দক ছুটি খোরকপা অসিদা লুহোং খোংদোংনবা.........।

শিবদত্ত—মাধব বাবু, ব্লাকম অসিদা অমুক মহুং মপান হাইজররোই। ঐগী মহেনগা পঞ্চমীগা লুহোবা হায়বসে ঐগী লেপপ্রবা আশানি। অদুগা মখোই অনি মপুক্লিং অমত্তনি হায়বসু ঐনা খংজবা কুইরে।

মাধব— ব্লাকম অদুসু মীনা কানা কানি ঙাংবদগী ঐসু তাবা ফংজি। অদুবু ঐনা থাজরমদে। করি মরমগী থাজরমদে মদুদি পু পাং শুভ্রবী পিদৎ-পাদৎপী য়োকচবী মুপীমচা অমবু মচাগী মমৌ ওইদুনা লুহোংনিংঙমগনি হায়বসে ঐনা মংদসু খল্লমদে। অসিগুমলবী মুপীমচা অসিবু নচাগী নমৌ ওইদুনা থল্লবদি মীনা নহাকপু করি হাল্লগনি। নশাগী মান-সম্মানসু খল্ল য়েংবা কৈ।

শিবদত্ত—মাধব বাবু, ঐগীদি শেংনা হায়জরিবসিনি মরাইবক থিরবী মুপীমচা অসিগীদমক্তা ঐগী মান-সম্মান লোইনা কথোকপা ওয়গনি।

মাধব— ( শাওরপা ) অদুদি নংগী নচানিপা মহেনগীদমক্তা থা থা খুদিংগী লুপা অসুক য়ায়া পুথোকপগী ঐগী করি তোংজবা ?

শিবদত্ত—অদুগীদমক্তদি ঐ অসি অদোমগী লমন তোল্লবনি। অদোমগী লমনদি দেশা উপাই তৌদুনা শেংদোকচরমগনি, অদুগী মমল লৌদুনা ইচাবুদি য়োনজরম্মোই। মসিমক্ত নত্তনা পঞ্চমীগী লৈখিত্রবা মমা মপাগী মকমদস্থু ঐনা য়াশকচথরে।

মাধব— পঞ্চমীগী ভ'র অসি লৌরবদি ?

শিবদত্ত—মদুগী অথ দি ?

মাধব— ঐগী ইচানিপা মহনস্থ পঞ্চমীগীদমক্তা ভাওরে। মহাক্তা হাই পঞ্চমীবু লুহো'বিত্রবদি হ চাদুনা শিগনি হায়না। অদুনা মাইকৈ অমিমক্তী অকব' ওইনবা পঞ্চমীনা ঐগী ইমৌ ওইজরগে অদুগা কমলান! নমৌ ওইশিরে।

শিবদত্ত—য়াকমসিদা ঐবু অমুক ওৎপীরগম্ম।

মাধব— হ'... হা...হা নংগী কননবা হায়বা য়াকম অসিবু নত্তোস্না ওৎপা থোক্লবরা ? করে, ঐ চৎলগে। অদুগা অসিমখি হায়বিরমগে—ঐগী য়াদা নংনা থৌওইত্রবদি নংগী অয়াবগী ওমথৈ লৈয়োই মুমা য়াথল ভৌ। ( চৎখিবা )

( শিবদত্ত য়াথল তৌদুনা হুংগৎ-হন্দা চৎদুনা লৈ—পঞ্চমীনা ইমুংদগী চা পুথোরকই।

পঞ্চমী— বাজিহল।

শিবদত্ত—কদাই পুরকউ।

পঞ্চমী— ( শিবদত্তদা চা পিবা ) খুড়া মাধবতি ?

শিবদত্ত—চংখরে। চাহু পুশিনখরো। চৎলো ইপাস্থ চংগুরগে।
( চা থকপ ), ( পঞ্চমী শিবদত্তদা করিগুম্বা রা অমা হায়নিংবগী মওংদা লেপ্তুনা লৈবা )
করিনো করি হায়নিংবগে ?

পঞ্চমী— বাজিহলনা শাওরোইকো ?

শিবদত্ত—নংগী নফমদা ঐনা শাওবা। হা হা হা হা ঐনা করিগুম্বা মতমদা নংগী নফমদা শাওখিবা লৈরবরা ? হায়রু করি রানো ? হাইয়ুনে।

পঞ্চমী— বাজিহলগা খুড়া মাধবকা ভাংনবা রাকম পূর্নমক ইমুংদগী ঐ লোটনা ভাজরে। খুড়া মাধবকী রাতুদা বাজিহলসু রাবিয় ঐগীদমক্তা করিমত্তা খনবীরুগন্থ। ভামো মহেনগা কমলাগা লুহোংবনা পূর্নমকী অকবা ওইগনি।

শিবদত্ত—পঞ্চমী—

পঞ্চমী— খুড়া মাধবকী মচানুপী কমলাদি ঐগুম্না লাইরিক হৈতবী শকখিবীসু নত্তে। হিরম খুদিদা ঐত্তোন্দগী হেনবীনি।

শিবদত্ত—হা...হা...হা অভাওবী, মহু ওইবা য়ারোই তুম্মীন লৈয়।
শিবদত্ত লাইরবা মীচম অমা ওইরম্বা য়াই অহুবু মানা হায়খিবদদি কৈদৌরুংদসু হোংলোই। খংত্তু পঞ্চমী, ঐগী আশা, ঐগী রুংভাইবা মং শোইদনা মংকাওনগনি ঐগী মহেন অফাওবা স্কোলার অমা ওইগনি—মাগী মিংচংনা লৈপাক অসিদা শিন

থুংগনি, খুজং অসিগী সেবা তৌরগনি। অদুগী তুংদা নখোই অনিবু লৈপাক পুংজাও থিনুনা বাজাইনে বেঙ্গুননে লুহোংগনি।

( মতম অসিদা দেবেন চংলকই )

কনানো—দেবেন।

দেবেন— মানি ঐনি।

শিবদত্ত—পঙ্কমী, চৎলু মচা অঙাওবগীদমক্তা রাজরবী নমাযোক অদো মচা অঙাওবা হল্লক্নে হাইরু। ( পঙ্কমী চংখিবা ) দেবেন নংনা য়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবা মুমিৎ অদুদগী মহানমখৈ নং কদাইদা লৈরুই ?

দেবেন— গৌহাটিদা তাদা বিনয়খোইগী মনাক্তা।

( মাধবী অমসুং পঙ্কমী থোরকই।

মাধবী— দেবেন।

দেবেন— ইমা।

মাধবী— অসুক কুইবা নং কদাইদা লৈরুই। নংগীদমক্তা নমা ঐনা রাব, নং করিমক্তা খংদ্রা ? নশকসু য়েংবা য়াদ্রে। চৎলু পাবুংদা লাক্লে হায়রু। চৎলুনে পাবুংগী খোং পাইদুনা লাক্লে হাইয়ু।

শিবদত্ত—অঙাওবা, নং ঐবু শাওরিবরা ? নপা ঐনা নংবু ওকশমু শিংশমু হায়দুনা ঙাং শকপদি নহাক্না খাংবা ঙমদে। অদুগা মচাগীদমক্তা মমা মপা ওইবনা করাগী মতিক রাজবগে হায়বদু অপংবা মচাশিংনা উবা ঙমদে।

দেবেন— ( মপাগী খোং শোক্লুনা ) পাবুং, মখুং অসিদা হায়বা ইন্দবা মচা হায়বদু ওইজররোই।

শিবদত্ত—দেবেন, গৌহাটিদগী নত্তোমদা লাকপরা ?

দেবেন— ঐ ভাদা বিনয়গা লাকমীয়বনি ।

শিবদত্ত —করি বিনয় থোরক্লবা ! নয়াম্বদি ? ঐনা নংগী তাদা বিনয়দা মানা থোরকপা মতমদা নংগী তাদা মহেনস্থ লোইনরকউ হায়না চিঠি ইথ্রিবনি । নত্তে নয়াম্বনা নঙোন্দা করি হাইরকই ?

দেবেন— ঐ তাদা উনরক্তে । তাদা বিনয়গী মচিন্দগী তাবদি ঐখোইগী তাদদি মণিপুরদা থোকখিরোই হাই ।

মাধবী— দেবেন, নংনা গৌহাটি তাদা চৎলুরগা নংনা নয়াম্বা উনরকত্রিবদি করিগীনো ? ( দেবেন খুমদবা ) খুম্মু করিগীনো হায়বা ?

শিবদত্ত—নয়াম্বনা লাকত্রিবদি ছুটি কংদবনরা ?

দেবেন-- পূজাগী ছুটিদি থানরবনি ।

শিবদত্ত —অদুদি ? পরীক্ষা নকশিল্লকপনরা নংল্লগা মশা ভমদবনরা ?

দেবেন— অমত্তা নত্তে ।

শিবদত্ত—অদুদি করিগীনো ? করিগীদমক্তা মহাক্তা লাকত্রিবনো ? করিগীদমক্তা তুম্মীনবা লৈরিবনো খুম্মো হায়বনি । অদুদি •• •••অদুদি মাগী মরমদা ঐনা তারিবশিং অসি অচুম্বা ওইবা তারবরা ? দেবেন, নয়াম্বগী মরমদা ঐনা তারিবা পাওশিং অসি অচুম্বরনে ? করি······মতম অমদা চৌরজিৎনা হায়খিবা “ওক্লবা মঙ্গা লোইনরে অমাংবগী লম্বীদা থোং থাংজিল্লে মসিবু অচুম্বা ওইবা তারবরা !

মাধবী— লাওথোংতুনা পাখৎতুনা ভাংত্রবস্থ তপ্পা ইংমা ভাংনশি কৈদৌবগে । বিনয়স্ত থোরক্লে হায়রবদি মহাক কৌরগা মুগ্না হংখিসি কৈদৌবগে ?

শিবদত্ত—নত্তে নত্তে মহু ওইব' য়ারোই ঐগী মহেন মাংবা তাব্রবা? মহু কৈদৌঙ্গুংদস্থ ওইবা য়ারোই। ঐগী আশা, ঐগী মুংঙাইবা মং কৈদৌঙ্গুংদস্থ অরেম্বদা তাহল্লোই। ঐ কনাগীস্থ মরা কৌরোই ঐ কনাদস্থ হ'লোই—ঐ চৎকনি—ঐ ইশামক চৎকনি—গৌহাটি তাম্না ঐ চৎকনি ঐনা মাগী মরমদা তারিবা পাওশিং অসি মীনম্বরা—অচুম্বরা হায়বহু মশামক্তগী খংলগনি। মাধবী, ঐ হয়েংমক চৎলগদবনি। নখোই পুম্নমক খংজৌ—ঐনা তারিবা পাও'শিং অসিনা অচুম্বা ওইরমহুনা মহাক্না অমাংবগী লম্বীদা খোং থা'ঙ্জিল্লমহুনা ঐগী আশা ঐগী মং কাইহল্লম্লবদি খুলসিদা ঐ অমুক হন্না মাই ওল্লক্লরোইদবনি।

মাধবী— নত্তে নত্তে।

শিবদত্ত—খুল অসিগী মমা'দা মাগীদমক্তা ঐনা চাওথোকচরম্বা মাগী দমক্তা শাগৎচরম্বা আশা পুম্নমক অহুবু মানা মাংহল্লবদা খুল অসিদা মাই অসি উৎতুনা করম্না লৈগনি। ঐ হয়েংমক মহাক উনবা চৎকনি।

লাইট

## অষ্টমশুবা উৎপা

মফম—আরতিগী য়ুম ; মতম—নুংথিল

( বদন ইশৈ মতেক মতেক শুংলহনা টেবিল চেয়ার শেংদোকুনা লৈরম্মী ; আরতি য়াম্না কেনা মপানরোমদগী চংলকই )

আরতি—বদন।

বদন— ইচেবেম্মা।

আরতি—ঐ শুসিদি হকচাং কয়া মুস্তাইতে কনাগুম্বনা ঐবু হংলরবদি লৈতে হায়রুনা হলহনখো খংগেদনা ?

বদন— কনি। অদু ইচেবেম্মা, নুপা কংগদবা মীতা ওইরবদি।

আরতি—মদুদি নং ঐ খন্নরগা থোকই।

বদন— খংজরে।

আরতি—অদু বদন, ঐগী তুংদা চিঠিকা লাক লাকপরা ?

বদন— শুসিদি লাক্কে।

আরতি—শুস তরানিরোম শুরে মহাক্তী ই-পাও অমত্তা কংখিদবা। পুক্লিং অসি য়াম্না লাংতক্নরে। নং চৎথোকখিগনু ঐগী মিংদা চিঠিকা লাক্লবদি ঐবু হেক তাকলকউ।

বদন— কনি। ( আরতি চংখিবা )

ইশৈ ( বদনগী )

ঐগী ইচে ইবেম্মা
ঐগী ইচে মুংশিবী।
নুপা থোকউ থোকপী

সনা খোকউ খোকপী
অম্ফা খুদোপ য়াইওইবী।
লৈয়াংশিংদা চল্লবসু
শিঙেল লৈনম তাবদা
খোইমু কয়ানা ঙাওনরি।
ওন্নামংবা মাইকৈদা ওল্লিবী
শিঙেল মুমিৎলৈগুম্বীনি।
ওইনিংবা মচুদা ওইরিবী
লৈরাং লশিং লৈগুম্বীনি।
ঐগী ইচে ইবেম্মা—
ঐগী ইচে মুংশিবী।

( মতম অসিদা Mr. বরো চংলকই )

বরো—( খুবাক খুহনা ) Nice ! Nice ! বদন, কমদৌরি ?

বদন – মুঙাইরি বাবু। বাবু, ইমুংলোমদা লেংশিনবীয়রবসু ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বীয় করি থবক্তীনো ?

বরো—বদন নং রা ঙাংবদা হিদাক য়াম্না অৈরেনা। নখোই নচে ইবেম্মা লৈবরা ? অমুক্তা কৌথোরকউ অরুবা রা অমা ঙাংনগদবা লৈ।

বদন— ঐখোইগী ইচে ইবেম্মা য়ুমদা লৈতে।

বরো—লৈদা। অমুক্তা কৌখোরকউদা।

বদন— লৈরগা লৈ হায়নি। করি তৌই হায়বগে। মীনা লৈতে হায়রগা। লেংঙো।

বরো—(রাখল ভৌনা ভৌনা) অচুম্বা খুদোনবীদদি ঘি পক্লোইদৌরিশে। (কুরিৎখাওদগী লুপা ১০ লৌথোক্লগা) বদন, শে লুপা অসি লৌ।

বদন— কয়ানো বাবু ?

বরো—চৈন রুপিজ! শে নচে ইবেন্মচু অমুক্তা কৌথোরকউ।

বদন—( লুপা লৌরগা ) লৈবরা লৈতবরা অমুক্তা য়েংজরুখিগে।

বরো—O. K. হরিঅপ। ( বদন চংখিবা ) ( বরো চুরুট লৌথোক্লুনা চমহনা থকই চেয়ারদা ফমহনা লৈ; মতম অসিদা আরতি ইমুংদগী থোরকই বরো হৌগৎলগা ) নমস্তে আরতি দেবী।

আরতি—নমস্তে। ফম্মীউ। ( বরো ফম্মী ) করি থবকীনো ?

বরো— অত্তুক মৌহৌননা ক'রি অমুক হংনিংঙাই লৈরিবগে ? ঐগী হিরোইনবু লৌবা লাকচরিবনি।

আরতি—Excuse me Mr. বরো, ঐদি অদোমগী হিরোইন নৎঙদে। ষ্টেজদা করিগুম্বা প্লে অমদা হিরোইনগী রোল লৌজবতনি

বরো— I am sorry, নত্তবা রাখলদা পুবিগনু।

আরতি—খংজরে। হেবিৎ ইজ ডি নেচর হায়হনা হৈনবী অদো থাদোকপিবা ঙমলোই।

বরো— করিনোনে নাপ চাদবা।

আরতি—বদন। বদন ! ( বদন থোরকই )

Mr. বরোবু থোংগাল কাওবা থিন্দোকউ।

বদন— লেংথোকঅসি।

বরো— ঐ মিৎ ভাংজদে—থোকখিনবগী লম্বী ঐস্থ খংজৈ।

আরতি—চৎলু বদন Mr. বরোনা থোরকপদা অমুক পন্দনবা থোংগাল হাংদোকলু।

বদন— কনি। (বদন চৎখিবা)

বরো— আরতি দেবী, It is a great insult,

( মতম অসিদা মহেন মুগী নেশাদা তাওদুনা চংলকই।

মহেন— Oh! Mr. বরো মকম অসিদা করি থবকী ?

বরো— আরতি দেবীবু ঐগী প্লে অমগী নেকপা লাকচরম্নিবনি।

মহেন— Very sorry, খংবীয় আরতি হৌজিক Stage গী হিরোইন ওইরে—মহাক্তি ঐগী পুন্সিগী হিরোইন ওইরবনি। understand ?

বরো— ঐদি খংদেদনা।

মহেন— Get out.

বরো— Thank you.

মহেন— I say you get out.

বরো— নাপ চাদবা। (চৎখিবা)

আরতি—ঐ অসি নংগী ওইরবনি হায়না থৌনা কনা অমদি অপনবা লৈতনা Mr. বরোদা করিগীদমক্তা হায়খ্রিবনো ?

মহেন— অকাইবা লৈবরা ? হা···হা...হা···ওসিদি নংগী করিগুম্বা রা অমত্তা তাররোই ঐ অসিদা লৈগনি অম্হিং নোংশোইবা নংগী ননাক্তা লেনগনি—ঐহাক রাশক্তুনা লাক্লবনি।

আরতি—নং ওসিস্থ অমুক য় থক্তুনা লাক্লিবা করিগীনো ?

মহেন— পুক্লিংগী অরাবা হুংঙাইত্তবগী মৈচাক অসে পুবা ওমদ্রে। ওসিদি নেশাগী মথক্তা তাওদুনা হুংঙাইবা হায়বদো ওশেংনা থিবা লাক্লবনি।

আরতি—অঙুক জ্ঞান তারগা মীওই অমনা অসি য়োনা মাংথরক্লিবা করিগীনো ?

মহেন— মাংবা। হা...হা...হা সিদগী করি হেন্না মাংনিংঙাই লৈরি-বগে ? ঐবু অক্কবনি কনানা হায়রিবা ? ঐবু জ্ঞান তাবনি কনানা হায়রিবা ? ইরৈপাক খুদং থাদোকতুনা মীরৈপাক্তা ইহৈ তম্বা লাক্লে মুপীগী নেশাদা তাওহুনা লৈরে। অদুবু আরতি, নংগী মনাক্তা লৈবা ফংলিবমখৈদি ঐগী পেন্দবা করিসু লৈতে সংসার অসিদা নহাক নত্তনা ঐগী কনাসু লৈতে নংনা ঐগী থরাইনি—নংনা ঐগী পুন্সিনি। ( আরতিগী মনাক্তা অসুম চংশিনবা ) Come on darling, চাক্লবা থম্মোইশে ওসিদি ইংহল্লো।

( মতম অসিদা বদন মপালরোমদগী চংওকই )

বদন— ইচেবেম্মা। মী অমা উনবা লাক্লি।

মহেন—হৌনবা খংদবা মচা কনানো ? তাঙা অসিদা নৎত্রবদি মতম লৈতে হায়বরা ? চৎলু বদন লাক্লিবা পাথাহুদা হাইরু হৌজিক interview গী মতম নত্তে হাইরু।

আরতি—বদন, কনানো চংহল্লকউ।

মহেন— ঐগী রাণীনা য়ায়বদি ঐগী আপত্তি লৈতে চংহল্লকউ বদন। ( বদন চৎখিবা ) য়েংঙোই darling, নংগী অপাম্বনা ঐগীসু অপাম্বনি নংগীদমক্তা মরূপ কাইনরবনি—সংসার পূন্নমক থাদোক্লবনি অদুনা ওসিদি ঐগী অপাম্বসু নংনা অমুক্তা পুংহল্লু।

আরতি—নংগী করি অপাম্বনো।

মহেন— স্বপ্নগী নংগী কজরবা শাথেক অমত্তা, আই মিন Dance. But one thing নংনা শাগদবা জগোইদি Western style.

আরতি—হায়বদি টুইশ ?

মহেন— Yes, correct. Please start my darling. Please.

( আরতিনা টুইশ ভৌবা মহেনস্থ নেশাদা ভাওহনা মাগী মচুং ইনবা ; মতম অসিদা শিবদত্ত চ'লকই ; মহেনগী মভৌ উবদা অঙকপা চুংভাইতবা অমদি শাওনিংবনা মশা অহু লৈকম চাকম খংদবা )

শিবদত্ত—( শাওনা ) মহেন ।

( আরতি টুইশ ভৌবা লেপ্পা শিবদত্তদা য়েংবা )

মহেন— What is the matter. Come on darling. Come on. ( খুবাক খুহনা ) চা ! চা ! চা !

শিবদত্ত—মহেন !

মহেন— Dont disturb. Get out, ( হন্না য়েংথোরকপা ) ও কনানো ? হা···হা···হা...হা my good father করিগী লেপ্তুনা লৈরিবনো ? নিংথিনা কম্বীয়ু নচাগা নমৌগনা শাবা জগোই মিং পেন্না য়েংবীও কম্বীও ( শিবদত্তগী খুজেং পাইগে ভৌবা )

শিবদত্ত—(থংলাও লাওবা ) শোকস্থ । হা···হা···হা বুমদগী ভারকপা থংঙকপা পুন্নমক মীনম্বা নৎলমজ্রবা । পুন্নমক অচুম্বা ওইরম্রবা ।

মহেন— ঐবু ইকাইবা পিবা লাক্লিবরা ?

শিবদত্ত—নংগী মুংওাইরবা পুান্সগী রান্নী অসে নাকোং অসিনা তাবদা পেন্নকত্রদুনা ইমিং আসনা য়েংগে হায়দুনা লাক্লিবনি।

মহেন— হৌজিক্তি উরে বাবাগী নিংবা থুংলেদনা ?

শিবদত্ত—( শাওনিংবা অমদি কপনিংবগা লোইননা ) চুম্মী নিংবা থুংলে মতম কুইনগী মমাংদগী ঐগী নিংজরকপা আশা নংগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা মংজবা ঐগী মুংওাইবা মং ওসি মিৎনা কুম্নদা থংহৌদনা লোইনা মাংখরে। ওসিদগী হৌরদুনা ঐগী ইচা মহেন অদো লৈত্রে শিখরে হায়না লৌরগদবনি।

মহেন— No, No, মদু হায়গদ্র ওসি মহেন শিান্ত্র—জগৎ অসিদা হিংদুনা লৈরিবে।

শিবদত্ত—চুম্মী হিংদুনা লৈরি। ওসি হিংদুনা লৈরিবা মাংদা লেপ্লিবা মহেন অসিদি লাইরবা মপাগী অন্নাবা মশক খংবিদবা মুংগী থম্মোইনা মাগী ওইবা হিংচা মাইতম্বা শাগা পাংখকনি।

মহেন— ঐবু শা !

শিবদত্ত—নংবু শানি হায়বদা করি চিংননিংওাই লৈ ? লাইরবা নপা ঐনা নোংজু-মুংশা খাক্তনা শেল য়ানা তান্দুনা নংবু নহৈ তমহনবা থাবদি অসিগীদমক্তরা ? নংগী ননিং থুংলগা লোইরে হায়দুনা নংগী শেল থানবা হোৎনবদা লৌদগী শিংদগী পুম্নমক মীগী মথুত্তা লৈখরে মীগী শেলনা খ্বাং কোইরে। অদুগা নেশাদা তাওদুনা জগোই শাবীগী মকমদা লুপতুনা পুম্নমক উৎত্তা থি হৈবা তাহন্নবা ? মাসিবু মীওইবগী লিচৎলা ?

মহেন— ঐ অঙাং নৎত্রে ঐগীসু ইজৎ খর খর থমনা রা ভাংবিয়ু।

শিবদত্ত—ইজৎ! ইজৎ মশক খংদবা নংনসু ইজৎ থস্বা পামলি। নংনা ঐগী মান-সম্মান ইজৎ পুম্নমক্কি মাংহন্নগা নং নশাগী ইজৎতি থস্বা পামলিবরা? (কপ্তুনা) অহিং মুংথিল মতম পুম্নমক্কা ঐনা আশা তৌজরম্মী নংগী মুংঙাইরবা মং মংলম্মী, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ঐগী ইচা মহেন অকাওবা স্কোলার অমা ওইগনি মাগী মিংচৎনা লৈপাক শিনবা থুংগনি খুল অসিগী সেবা তৌরগনি মতম অমুদা ঐবু কনা'মতনা খুনমুংগী ওঝা হায়না নোকবা ওয়রোই স্কোলার মহেনগী মপানি হারমুনা ঐবু ইকাই খুম্নবীগনি হায়না— অমুবু আশা অদো ওসি মরু ফংনা কংথত্রে। খুল অমুগী মমাংদা ওক অসি ৱাংনা হায়গৎতুনা লৈবাদ হায়রুপমু পুন্সি চুপ্পা শা নংনা ঐবু ফিরুক খুমমুনা লেলহনগদৌরি।

মহেন— মফম অসে কপ্পা লাওবগদি কয়া চুনদে। হায়নিংবা খর হায়রবদি চৎখরো। ঐবু শাওহনগমু।

শিবদত্ত—করি হায়বা?

মহেন— (চংশিল্লরুগা) I say you get out.

শিবদত্ত—করি হায়বা? (মহেনগী মখজাইদা খুপাক্কা থাবা; মহেনমা শাওমনখিবদগী মপাদা খুৎ হুনগে তৌবা)

আরতি—করিনো অমুম হৌনবরা? (মহেনবু খাস্বা)

শিবদত্ত—মু অমসুং মুপীগী নেশানা থুমহৎখিমুনা নংবু পোকপগী মথক্তা খুৎ থাগে খনবা আক পাক নাইদনা ভাংবা! খংঙ্ পাগী

হন্দকী মপোক্তা নত্তে মপোক মপোক খুদিংদা ঈশ্বরনা নংগী নরাল কৈদৌরুংদস্থ ভাকপিরোইদবনি। অদুগা অসিমগা হায়-বিরমগে অপংবা লিকলি মচেৎপু মণিনি খল্লিবদো নংগী অপংবা রাখলনি। ( চংখিবা )

মহেন— হায়নিংবমখৈ হায়কৌ—আরতিনা ঐগী থরাই—ঐগী পুন্সি! কো Darling. চাওখৎভবা খুমুংগী অহল ইপানি হায়বদা ইকাইনিঙাইগী মশকনি। জ্ঞান তাদবা অহলনি নং শাওমুকো Darling লাকও ইমুংদা ঙাইহাক্তা পোংথাগে হকচাং অসি য়ায়া চোকথরে, মাথা অসি পুবা ঙমত্রে লাকও চংঙশি Darling. ( আরতিদা ঙা-থেংনা মহেন ইমুংদা চংখিবা )

লাইট

## মরিশুবা উৎপা

শিবদত্তগী য়ুমনি ; মতমদি ভুমিদাংবাইনি ; (মাধবী ইমুংদগী প্রাসটিকী থাও অমা পাইদুনা থোরকই ; )

মাধবী—পঞ্চমী! পঞ্চমী নংবু ভারিবরা? ( পঞ্চমী থোরকই )

পঞ্চমী—করি হায়গে ইমা ইবেম্মা?

মাধবী—ঙসি অসিনি নংগী বাজিহলগা নংগী ভামো মহেনগা থুংলগনি হায়রম্বদু ঙহাক লৈরবদি লাকপস্থ য়ারে। ঐ কৈথেলদগী ঙা-চাক থরদং য়েংলুগে নং ইমুংগী থবক ইংথাং লোইশিল্লস্থ।

পঞ্চমী—হোই ইমা ইবেম্মা।

মাধবী—অদুগা চাখুমগী ঈশিং মাইশিংদি শোক'চল্লুরবরা ?

পঞ্চমী—ওসাইনা শোকচিল্লুরে।

মাধবী—অদুদি ঐ চৎলুখিগে। ( চৎখিবা )

পঞ্চমী—(হরাওনা) ওসি তামো মহেম থুংলরগদবা! অকাওবা স্কোলার অমা ওইহনা খুল অসিদা লাক্লগদবা! খুল অসিগী সেবা তৌরগদবা! মী পুম্নমক্না মাগী মমিং শোয়গনি ঐস্থ চাওথোকচবা কংলগনি। করি, বাজিহলনা মতম অমদা হায়খিবদুবু……মহাকা ঐগা লুহোংবিগনি……অদুগী তুংদা ঐখোই অনিনা পোকপা………( হরাওবা হুংভাইবা মুংনাংবনা থুমহৎখিদুনা বা মখা ভাবা ওমদবা )

## ইশৈ

ওসি পাইরক্লনি থম্মোই কোকিল

তোংলরনি মুংশি কাইদোংদা।

চেক্লা কোলোই লুংওনবা

মুজাগী পুক্লিং হুখিবা

খোংলরনি মথৌ পোংনা।

ভপ্না হুমলিবা মালংবা

কাইদা কাইদা শিৎলিবা

মুংশি মপাওবু পুরকপরা

তম্বীয়ুনে মুজাগী নাপদা।

( ইশৈ লোইরমদাইদা মহন নেশাদা তাওহনা চংলকই )

মহন —বা ! ( পঞ্চমী খংপ্রেক খংভি ) হা…হা…হা মীপাইগনু পঞ্চমী ঐ হিংচাবা নত্তে। নংগী প্রেমনা ভাওরবা প্রেম ভিক্ষারিনি ঐ অসে।

পঞ্চমী— ঙসিস্থ অমুক লাক্লিবরা ? ইকাইবা হায়বহু নংগী নশাদা মচেং অমত্তা পকত্রা ?

মহন— ইকাইবা ! হা…হা…হা নংগী নকমদবু ঐনা করিগী ইকাইগনি। নংনা খিনা চৈরবস্থ ঐনা মুংশিনা ভাগনি। নংনা কশা শাথিনা কুহুনস্থ ঐনা কুন্দুনা খাংগনি।

পঞ্চমী—মকম অসিদা লাকপদা চোপ্পা ইকাইবা নংবা নত্তনা নংগী করিমত্তা ওইজবা কান্নবা ফংলোই।

মহন— ঈশাগী ওইজবা থিবা লাকপা নত্তে নংগী কান্নবা পাওতাক থরদং পিবা লাকপনি।

পঞ্চমী—হুম নংগুম্বা নেশা চাবা মীওই অমদগী করি পাওতাক ফংগ-দৌরিবা ? চৎপ্রো চৎলো ভানিংদে।

মহন— মংনদি মাগী আশা তৌরি মাগী রাখলনা অথোইবা লাইনিং ওইজরি অহুবু মহাক অহুদি মীগী ওইপ্রবদা।

পঞ্চমী— কনাগী মরমদনো নংনা ঙাংলিবদো ?

মহন— কনাগী মরমদা ওইগনি নংগী ভামো মুংশিবা মহেনগী রানি। বিনয়না হাই মহেনদি নংগী রাখল মচেং অমত্তা খনথিজ্রে। আ গৌহাটিদা লগোই শাবী লীলা রাওবী অমগী প্রেমদা লুপ্তুনা লৈহৌরে হাই।

পঞ্চমী—মুংশিদবা য়েংথিবা মীবু হুন্দুনা ঙাংবা হায়রবসিদি মশামা ভাবনি।

মহন— ঐনা হায়বা থাজরবস্থু বিনয়দা চৎলগা হৎজক মীনম্বনি অচুম্বনি হায়বত্থু মত্থুঙদা নংনা খংবা ঙমগনি। ( মতম অসিদা দেবেন ইমু'দগী থোরকই) অওইবনি পঞ্চমী ন'বু মীয়াইবিয়বা থৌওই-বীগ্রবা মীশক অত্থুগীদমক্তা নপুক্তি মাংহন্দুনা করি কায়গনি। অত্থুগী শরুকপুদি ঐ অসিবু মুংশিবা ঙম্নবা নপুক্লিং অত্থু থেম'জিল্লনে মত্থুনা নপুক্তি অত্থু মুংঙাইগনি।

দেবেন—করি, নংগুম্বা নেশা মপী অমদা লৈরগা পঞ্চমীগী মপুক্তি মুংঙাইগনিকা হায়বা শারদনা—খংঙু ঐখোইগী তাদনা লীলা য়াওবী অমগী প্রেমদা লুপ্তুনা লৈরবস্থু ( পঞ্চমী খাই লাওবা) নংগী নখুবাক্তা পঞ্চমীবু শিন্নবদি ওইথোক্তবনি।

মহন— মত্থুরা ?

দেবেন—মানি ; খাইসি চৈ য়াম্না হোৎবনি। পরপ পরগ চৎগ্রা।

মহন— নংগী তাদনা থাদোক্লম্লে হায়ত্থুনা নংগী তাদগা লুহোংগনি হায়ত্থুনা হায়ন-শিংনত্থুনা লৈরক্লবী পঞ্চমী অসি নংনা লৌশিল্লগে অসিরা ?

দেবেন—( শাওনা ) করি ! ( পাইশিন্দুনা মহনগী মখোজেং মেৎপা ) রা অত্থু অমুক হন্না নচিল অত্থুদা পনগত্রা ? খুম্মু, অমুক হন্না হায়খিগদরা ?

পঞ্চমী—দেবেন।

মহন— দেবেন, নং ঐঙোন্দা খুৎ থাজগনু। ঐঙোন্দা ফুরবদি নংগী য়াম্না ফৎলোই।

দেবেন—সিয়া, নংনা ঐঙোন্দা কৈদৌগদৌরিবা ?

মহন— নখোই অসে ঐখোইগী ইরল তোনবা মীশকনি। ঐখোইনা
নিংলবদি খুদক্তা নখোইগী ইজৎ মাংহনবা ওস্মী।

দেবেন—ঐখোইগী বাবানা তোনজবনি ঐদি নংগী নরল তোনদে
খংঙবরা? নংনা অহুমগা হায়রগা ঐনা কিগনি নিংবরা?

মহন— ঐবু ফুজনু হায়বিরিবসিনি।

দেবেন—ফুজনু হায়রবদি নচিল অখিবতু খুতুমনা শুপাইবা তারে।
( ফুগে তৌবা )

পঞ্চমী—দেবেন। ( চংশিল্লকুনা খাম্বা )

দেবেন—চৎপ্রো চৎলো। ( মহনবু থাদোকপা ) পঞ্চমীনা খাম্বগী তৌবনি
নংত্রবদি নথরাই অতু লোথোক্কে তৌবনি। খুল অসিদা
ঐখোই মঙাইরে শেল পাইবা, ঐখোই মঙাইরে শুন্দা ওইরিবা
হায়দুনা নঙক হায়গৎলিবতু শুন্দা অমদি শুন্দাগী মপাবু
ফুক্কেকপা ওস্বা দেবেন ঐলৈবসি খক কাওগনু খংঙেদনা?

মহন— নং খংগনিদনা। ( চৎখিবা )

দেবেন—সিয়া ঐবু মানা খংগনিকা হায়দুনা অশিংনরিএ লৈরম্মু নং
( তানগে তৌবা )

পঞ্চমী—দেবেন। ( খাম্বা )

দেবেন—মতাচাদবা শাববু।

পঞ্চমী—দেবেন, ঐ নঙোন্দা রা অমা হংগে নং শেংনা তাকদরা?

দেবেন—হংঙু করিনো? অখংবা ওইরবদি ঐ নঙোন্দা করিমম্তা থুপ-
লোই হংঙু করিনো?

পঞ্চমী—তামো মহেনগী মরমদা তারিবা পাওশিং অসি অচুম্বরা?
(দেবেন খুমদবা) করি তৌরে তুম্মীন লৈরবদি? অওইবতুদা তম্মু।

দেবেন—নংনা তারিবা ৱাশিং অদো মীনশ্বা অমত্তা নত্তে অচুম্বা ঙ'ক্তনি।

পঙ্কমী—অচুম্বনি হায়বা! (নিংবা কায়বা)

দেবেন—ৱা অসে গৌহাটিদগী থুংলবগা ঐনা নহান্না তম্নগদবনি অদুবু নংগী নথৱাই মুঙাইরোই হায়দুনা তমদবনি। ঐনা গৌহাটিদা চৎলুবা মতমদা তাদা মহেম উনরক্তে করিগী উনরক্তে, মদুদি তাদা বিনয়গী মকমদগী মাগী মরমচৎ তাবদা হৈকাইদুনা উনরক্তে। নত্তে মাগী ৱাসি তোক্লশি। ঙসি বাবানা মাবু পুরক্পনিদনা মহাক মশামক্তগী নংনা খংদোকচরো!

পঙ্কমী—খংজিবা অসিদগী করি অমুক হেন্না খংনিংঙাই লৈরিবগে? করি, বাজিহল শমদি ঐখোই খাই পূন্নমক অরেম্বা তারবা! (মতম অসিদা শিবদত্ত মথৱাই য়ান্না মুঙাইতনা অঙাওবগী পান্দমগুম চংলকই)

দেবেন—বাবা! (শিবদত্ত খুমদে) বাবা।

শিবদত্ত—(অঙাওবগী মৈনোক) হা…হা…হা।

পঙ্কমী— বাজিহল!

দেবেন— বাবা, নতোমদা লাক্লবদি করি তৌরে? ঐখোইগী তাদা মহেনাদ॥

শিবদত্ত—(শাওনা খ'লাও লাওদুনা) তুম্মীন লৈয় শা অদুগী মমিং অদু অনিরক হন্না পনগনু। (মুংঙাইতবা মীনোক্না লোইননা) শিবদত্ত ঐনা পোকপা ইচাদি মপাগী য়াথং কৈদৌঙৈদসু হিকতোকলোউ মপাগী আশা কাইহল্লোই হায়না খুল অসিগী মমাংদা নাপলগা লোইননা চাওথোকচরম্বদু ঙসি পূন্নমক

অয়েম্বদা তারবা। ঙসি খুল অসিগী মমাংদা ইকাইবা অমদি মাইথিবগী ফিরুক খুমহুনা পুন্সি অসি লেনবা তারবা।

পঞ্চমী— মহাক্না করি হায়রক্লবগে ?

শিবদত্ত—মহাক্তুদি M. A. পাশ তৌহল্লগা খুল অসিগী সেবা তৌহনগে হায়দুনা লাইরবা মপা ঐনা লৈতা লৈতা কোক্তা খুৎ হাপ্পমখৈ মহাকপু মহৈ তমহনবনি অদুবু পুন্নমক উৎতা খি হৈবা তারে।

পঞ্চমী— তামো মহেনবু ?

শিবদত্ত—কনাগী মহেন—ঐগী ইচা মহেন শিখরে। ঐনা উরক্লিবা মহেন অসিদি করম্বা মখলগী মহেননো হায়বদা নেশাবালা জগোই শাবীগী খুয়াগী উফুল। শেরা, নেশাগী ময়াইনা থুমহৎখিদুনা মাবু পোকপা মপা ঐ অসিবু মখাগী অঙাংগুম্না উশিং থোওইদবগী রাঙাং শিজিন্নরকপা, জগোই শাবী অদুগী মমাংদা ঐবু হুই য়েন তানবগুম তাম্লকপা অদুগুম্বা শা অদুবু ইচানি হায়দুনা নিংখিগদ্রা মহাক অমা লৈরি হায়বসি নিংঙ্গরোইদবনি শিগ্রে হায়না লৌরগদবনি।

পঞ্চমী— মমা মপা ওইবনা অদু য়োৌনা শাওবিরবদি সংসারসিদা মচা ওইবগী হিংনিংঙাই লম্বী কদ'ইদনো ? লিননা মখুলদা চংঙম-দাইদা চুম্মী হায়বগী মতাগুম ক্সান তারক্লবা মতমদা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মহাক শোইদনা বাবাদা লাম্লে হায়জরগদবনি।

শিবদত্ত—লাম্লে হায়বা রাহৈ অদো ঐগী নাকোং অসিদা স্নুকচং চংঙ-রোইদবনি। মহাক্না ঐগী খোং অসি কোন্দুনা চামরক হম্না লাম্লে হায়জররবম্নু মপোক অসিমগী ঐনা মাবু ঙাকপির-রোইদবনি। য়ুম অসিদা খোং থাংজিল্লকপা য়াররোইদবনি।

পঞ্চমী— বাজিহলনা অচৌ য়ৌনা শাওবীরবদি নচা ঐখোইদি য়ুম অসিদা করম্না লৈবা ঙমগনি। ঐ য়ুম্‌শীমচামক ওইরবস্তু গৌহাটি তাম্না চৎলুগনি তামো মহেন উনরুগনি ঐনা হায়জবা খরমথৈদি মহাক্না তাবীগনি ঐনা মাবু পুরক্লগা বাজিহলদা লাপ্লে হায়জহনগনি।

শিবদত্ত—পঞ্চমী। ( মাধব চংলক‍ই )

মাধব—(নোকশিন্নদুনা করেম্নদুনা) শিবদত্ত! নচা ইবুঙো ঙোলার মহেন থুংলরবরা? ঐগী য়ুমদা অনা অয়েক য়াওরে। ডাক্তর বাবুবু কৌবা লাকচরিবনি।

শিবদত্ত—( ঙংদুনা শাওনা ) ঐবু করেম্নরিবরা? ঐবু লাক্লরিবরা?

মাধব— ( নোকুনা ) হা...হ'...হা মতুদি নশানা খংজবরা শিবদত্ত? ঐ অসি ওম্বোক্না লাইবক ফত্রেদা নংগী নচানিপা নেশারালা জগো'ই শাবীগী মরূপ অদুদা ঐগী ইচা কমলা থাজরমদবসে ইচাগী লাইবক ফবনি ঈশ্বরনা ঐগোইবু কনবীরে।

শিবদত্ত - নংগী হায়গদবা লোইরবদি মকম অসিদগী থুনা চৎপ্রো

মাধব— তানদ্রবস্তু ঐ চৎকনি অদুবু অসিম'দ হায়বিবমপে নঙোন্দা লৈরিবা ঐগী লুপা লিশিং অনি অদো য়াম্না থুনা পিথোরক্লবা তৌ থোওইদ্রবদি খুল অসিগী প্রধানদা তাকুনা কোটকী মতেং লৌগনি নখুং তুংবুন্দুনা লয়ঙ্গাং শেংবকতা ফাদুনা পুবতু অউবা ঐখোইগী থম্মোইনা খাংবা ঙমলোই অসিতনি।

শিবদত্ত—মাধব, উশিং থোওইদদুনা করেম কাথাইনদুনা পংথাং ডাংগদ্য। চুম্বী নংগী নরল তোংন্নি অদুবু অসিমদি খংঙ্‌ শিবদত্তদি মীগী মরল তোন্দুনা শিগদবা নত্তে।

মাধব— লাইবক কবনি।

শিবদত্ত—( খংলাও লাওচনা ) চৎস্রো চৎলো।

( মাধব য়াম্না কিনা চেনখিবা মাধবী চংলকপা )

মাধবী— করি তৌরবগে?

শিবদত্ত—করি তৌরবগে? নংনা কদাইদা চুৎলুরিবা?

মাধবী— ইবুঙোখোই ঙসি থুংলগনি হায়বচুদা কৈথেলদগী ঙা-চাক খরদং……। দেবেন নয়াম্বা মহেনদি?

শিবদত্ত—( শাওনা ) কনাগী মহেন?

মাধবী— নিপামচাবু।

শিবদত্ত—মংগী নচা মহেনবু সংসার অসিদা লৈরি হায়না খনজবা শারিবরা? মহাক্তি শিখরে য়ুমসিদা অমূক হল্লক্রোইদবনি। য়ুম মাংথোকউ চক্ থুম্বাইয়ু ইমুং মাঙ্গোল রাই তৈথোকউ থূল অসিদা খংহল্লু মীয়ামদা লাউথোকউ শিবদত্তগী মচা মহেন শিখরে সংসারসিদা লৈজ্রে হায়না হা……হা……হা ( অঙাওবগুম্না ইমুংদা চংখিবা )

দেবেন—ইমা, বাবাসে শাওবনা লুতোন কাখরে। বাবাগী অনাবদো শোইদনা হৌরকপা ভারে। লাও ইমা ইমুংদা চংলশি।

( দেবেননা মাং থাহ্না মাধবী পকমী চংখিবা )

লাইট

## মঙাশুবা উৎপা

আরতিগী য়ুম ; মতমদি. নুংথিলনি ;

( আরতি চেয়ারদা ফমহুনা ম্যাগাজিন অমা পারহুনা লৈরম্মী ; মতম অসিদা মহেন য়ুমী নেশাদা তাওহুনা চংলকই )

মহেন— আরতি, করি ব্যাবহারনো ? নংগী চাম্না থোইবা husband লাক্লগা নংনা নিঙাইদনা ফমহুনা লৈথোক্লি ? করি ব্যাবহারনো ? Stand up. I say stand up. ( আরতি অন্দে-মান্দে হৌগৎলি ) হা…হা ‥হা my good darling. (আরতিবু কোনগে হায়বগী মতাংগুম চংশিল্লকপদা আরতিনা লৈথোকপদা মহেননা চেয়ারগী পাম্বোমদা পাইবা )

আরতি—নংনা নোংমা নোংমগী থক-চাবা হেনগৎলক্লিবদি করিগীনো ?

মহেন— মুংঙাইতবা নিংঙমদবগী মৈচাকস্থু নোংমা নোংমগী হেনগৎলকলিবসিদি। নহাক্কীদমক্তা পরীক্ষাস্থু হাইদোকখরে, ইপাবুস্থু অথিবা রাহৈনা ইকাইবা পিহুনা তানখরে। ঐগীবি হায়বসে নহাক্তা ঙাইরবনি আরতি।

আরতি—(চংশিল্লকুনা মহেনগী মকোক্তা নাল্লগা) নশাম্থু য়াম্না চোকথনা উরে Darling শহাক পোথারো।

মহেন— পোথাগে নহাক ঐগী ইনাক্তা লৈয়ু Darling। ঐবু থাদোকস্থু। ( মতম অসিদা বদন চংলকই )

বদন— ইচেবেম্মা।

আরতি—করিনো বদন ?

বদন— দাখপিয়ন লাকই।

আরতি—( লাংভক্লবা লোইননা ) দাকপিয়ন !

বদন— হোই ইচেবেম্মগী মিংদা টেলিগ্রাম অমা লাকই।

আরতি—টেলিগ্রাম। ( থুনা য়াংনা থোকখিবা বদনস্থ ইমখিবা )

মহেন— য়োংগী মচা দাকপিয়ন অসিস্থ তাঞ্জা অ'সদা নংত্রবদি লাকপা শংদযহমঙাইরে। ( ফুরিংখাওদগী চুরুট লোথোক্লনা চমচুনা থকই ) আশাকা পুমকাই হেক কাইদা ! ( বদন পরপ পরপ চংঙকই )

বদন— বাবু ! হো বাবু।

মহেন— করি তৌরে ?

বদন— ঐখোইগী ইচেবেম্মচু টেলিগ্রাম অচু পাবদগী রাস্থখয়ে বাবু।

মহেন— করিস্থ মুংশাথিরূপস্থ বদন নচেবেম্মদো মখোইগী Drama গী acting তম্বা ঙইরমগনি।

বদন— বাবু Drama গী acting তম্বা নত্তে। তশেংবা ইচেবেম্মদো রাম্বহনি। শে বাবু হৌগংলো। ( মহেনগী খুদাং পাইচুনা চিংখৎপা ) অমুক্তা থোকলুশি।

মহেন— ঐনা চংলগা কৈদৌগদৌরিবনো ? লাকও য়েংলুশি। ( মহেনগা বদনগা চৎখিবা অমুক ম. নপা বদনগদা ভাবোই শোবোই তৌচুনা আরতি চংলকই মহেনগা বদনগনা আরতিবু চেয়ারদা কমহল্লি ) আরতি ! আরতি ! বদন চংলো মংগী নথো তৌরুরো। নচেবেম্মসে ঙহাক তুমগা মরাইনা হৌগৎ- চরকনি ! নং চংলো। (বদন চৎখিবা) আরতি ! আরতি ! নংবু ভারিবরা ! আরতি ! (আরতি মমিৎ পাংথোরকই) আরতি।

আরভি—ঐবু শোকহু। (চেয়ারদগী হৌগৎলি) ঐগী ইশা পাইগহু।

মহেন— আরভি, নহাক ঐবু লল্লরিবরা ?

আরভি—লল্লবা নত্তে মহেন বাবু। নহাক ঐগী মকম অসি থাদোক্তুনা থুনা চৎখরো। ঐবুস্থু থাদোকলমলো।

মহেন— আরভি, ঐ নংগী মহেননিমে।

আরভি—ঐ থংভি মং মহেননি। নহাকপুনি ঐনা চৎলো হায়রিবসে। ঐগী ইকমদা নংগী কারবা লোইখরে। ঐনা হায়জরি নহাক চৎখরো মহেন।

মহেন— আরভি রা অসে ৎশেংনা হায়রবরা ?

আরভি—মহেন! (থম্মোই শোক্লা কপ্পী)

মহেন— নংগী অসিগুম্বা লমচৎ নাইদনীগী শা ভাগী লিচৎ অসে ঐনা হৌজিক্কা থংবা গুমলে। নংদি গুপ্নগী নুপাগীদমক্তা ঐ অসিবু নংগী শারপোৎগুম থম্মম্বনি নৎত্রা ? ঐবু মক্ক ফংনা মাংহল্লগা মাইকৈ মরিমক্তা লম্বুকনহল্লগা ভসি ঐগী কারবা লৈত্রে হায়'রবা! চুম্মী হায়গনি মরমদি ঐগী ইপানা নংগী থরচ তুমনবা শেল থারকত্রে।

আরভি—মহেন, ঐগী পুন্সিগী ড্রামা ভসি শারবা লোইরে। মতম থরগী নংনা ঐগী নায়েক ঐনা নংগী নায়িকা ওইরম্বভনি।

মহেন— আরভি।

আরভি—Please মহেন ঐবু ইত্তোমত্তা লৈহনবীয়। থুৎ লোয়হুনা হায়জরি নহাক চৎপ্রো! Please।

মহেন— চৎকনি। অদুবু ঙসি ঐনা মরু কংনা মাংলিবা অসিগী লমম খুন্নগা চৎকনি। নংনা হিংদুনা লৈরবদি ঐগুম্বা মী কয়া কয়াগী মপুন্সি মাংলগনি। মদুগী খুদোংচাবদো নঙোন্দা অমুক শিন্নরোই।

আরতি—করি তৌগদৌরিবা মহেন? ঐবু হাৎকনি অসি মৎখা? করে ঐবু হাৎলো অদু ওইরবদি ঐগী মৈচাক পুন্নমকপু মুৎলগনি।

মহেন— (অঙাওবগুম্বা নোক্লগা) হা…হা…হা…হা নংগী অদুগুম্বা লৌনম্বা রাইজ অদুনা ঙসিদি ঐবু অমুক উৎ চাইবা য়াররোই লমচৎ নাইদবী! নংবু ঐনা……………।

(আরতিগী মখোজেং মেথৎকে তৌবদা পঞ্চমী চংলকই)

পঞ্চমী— তামো।

(পঞ্চমীগী খোঞ্জেল তাবদা মহেননা হন্না য়েংখোরকই)

মহেন— পঞ্চমী।

পঞ্চমী—পঞ্চমীবু কাওদি কাওরমদে খংবীরম্মীদনা!

মহেন— নহাক অসিদা।

পঞ্চমী—মানি; মপালদা লেপ্তুনা লৈবা কুইরবনি; নখোই অনিনা ঙাংনবা অরোইবা থাকী রাঙাং তাবদগী ঐ চংঙক্লবা ঙমজ্রদুনা চংঙক্লবনি। (আরতিনা পঞ্চমীবু শংত্রিক য়েংহনা লৈবা) অদুম্বা লেপ্তুনা লৈরিবা করিগীনো? চৎখোরকত্ত লাও নংগী লম্বীগী তিংথংবু হনজক্লয়ো।

মহেন— পঞ্চমী ! ঐ থংভি ঐনা তৌরকরিবা মহাপাপ অসিগী প্রায়শ্চিৎ লৈররোই। মংনা ঐবু ঙাকপিত্রবদি শিরবা কাওবা ঐগী শাস্তি লৈররোই পঞ্চমী। ( অঙাওবগুম্না চৎকে তৌবা )

পঞ্চমী—লেপথো। কদাইদা চৎলিবনো ? লম্বীদা দেবেনগা তাদা বিয়নগা ঙাইহুনা লৈরি। বাজিহললগী মা তাদনা ঐখোইনা নংবু লৌবা লাক্লিবনি। মংনা বাজিহলবু ইকাইবা মাইথিবা পিরকপা অমদি বাজিহলগী পুন্সিগী নিংজরকপা আমা পুম্নমক অয়েম্বদা তাহনবদগী মুংঙাইতবা বাথলনা লাইনা অমা ওইহনা বাজিহলদি ঙসি তরানি মঙানি অসি নোংমা নোংমগী শোন-জিল্লকপা হেনজিল্লক্লে। বাজিহলগী লিংজেলদি নংনা খংলিবহু মঙাই ঐখোইনা নংগী মনাক্তা লাক্লিবসে বাজিহলনা খংঙম্বা থোক্লবদি শাওথিবদগী ফুক হোৎগৎহুনা ঐখোইগী খোংগুল লিরকনি। মহু থোকাত্রবঙদা নহাক ঐখোইগা লোইননা থুনা মণিপুর থোক্লবা তৌরসি।

মহেন— ( মথরাই শোক্লা ) পঞ্চমী, বাবাগী মকমদা হায়বিংঙাই লৈতনা লানথরে। করম্না মাই পুহনা ঐনা বাবাগী মমাংদা লেপ্লুগনি পঞ্চমী। ঐনা লানথিবহুগী মতিক মপোক অসিমগী বাবানা ঐবু ঙাকপিররোই। নত্তে নত্তে পঞ্চমী ঐ চৎপা ঙম্মরোই নখোইনা ঐবু ঙাকপিয়ু। নখোইগী তামো শিখরে হায়না লৌরো। ( কপ্পা )

আরতি—অদোমলা পঞ্চমী হায়বীদো ?

পঞ্চমী— মানি।

আরতি—মহেন বাবুনা মতম অন্নাম্বদা নংগী নমিং শোল্লি।

পঞ্চমী— তুম্মীন লৈয়্‌। তামো মহেননা ঐগী মিং শোনবহ্ন হিংচাবী নংগী মায়ানা কাওহন্নবা লাক্করম্মী নংত্রা ? হিংচাবী! মুপী অমা ওইরগা মুপীগী থম্মোই চেন্দবী!

আরতি—চুম্মী, হিংচাবীনি মুপীগী থম্মোই চেন্দবীনি ; হৌজিক্কী মতমদদি ঐ অসে হায়রিবমখৈ পক্লগদবী ঐনি। অদুবু নখোইনা ঐগী পুলিসগী রারী তারবদি খংবা ঙমগনি ঐমুক লাইবক থিবী আস সংসারসিদা অনিশুরমগত্রা ! খল্লম্মী ঐগী পুলিসগী রারী অসি কনাগী মকমদসু ফোংদোকলোই হান্ননা ; মীগী অথিবা মীচৈ কয়া ( কপ্পা ) ঙসি ফাওবা ঐনা নোক্লা নোক্লা খা তুনা লৈবনি।

পঞ্চমী— করিনো নগী রাদো ? অদুগা নংগী মিংতা পিরাং—।

আরতি—মিংকী পিরাংদি ঙসিনা অহোবা নত্তে। পুলিস অসে কপ্পুনতা লেপ্পক্রবনি। ঐনা হায়জরি নখোইনা ঐগী রা অসিমন্তদি থাজরগা চংপীখো—ঐনা পুলিসদা পাংথোকপ্রিবা পুন্নমক অসে ঐগী অনাবা ইপুরোইবগী মথরাই কয়নবগীদমক্কনি। (কপ্পা)

মহেন— করি! নহাক্কী অনাবা নপুরোইবা!

আরতি—হোই! টেলিগ্রাম অসি পারগা খংগনি।

( আরতিনা মহেনদা টেলিগ্রাম পিবা )

মহেন— ( পাবা ) your husband is dead!

( আরতি কপ্পা )

পঞ্চমী— হায়রিবহ্ন করিনো ?

মহেন— আরতি! you are married! নহাক লুহোংলবী!

আরতি—মানি ঐগী পুন্নমক লৈরম্মী অদুবু ঙসিদি করিমত্তা লৈত্রে। ঐ অসে পুন্নমক কাইনরবীনি ইতোমত্তা ভাইরবীনি। (কপ্পা)

পঞ্চমী— ইচে, নংগী বা অসে ঐ করিমত্তা তাব তাবা ঙমদ্রে অমুক্তা শেংনা তম্বীয়ু।

মহেন— আরতি. নংগী পুন্নগী ৱারী অদু তাহন্দুনা ঐগী নিংঙমদনবা অসে অমুক্তা কোকহল্লু।

আরতি—ঐ অসি শাগে জাংতা তোল্লবী ঐগীনি হায়বদা হন্না য়েংবদা কনা লৈজত্রবী লাইবক থিরবী অমনি; অদুগা মহাক্তি শাগে জাৎ অকবদা পোকপা য়াম্না ইনাক কৈরাক থুনবা মচা অমনি; মহাক ঐহাক্কী লাইবক্তা অসুম থোকউ হায়না তমখিবদগী ঐঙোই অনি লোনা লৈনবা মুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা ঐনা মরম ওইদুনা মাবু পোকপা অহল-লমননা ঐখোই অনিবু ইম্মোক্লম্মী। মুঙাইবা আশাদা লাকমিন্নবনি অদুবু থংহৌদনা অরাবা ইপাক্তা ইরাক্লবা হৌরক্লে। মহাক্না অরাবা উবদা ঐনা মঙোন্দা তত্তুনা হায়জরম্মী নংগী অরাবসে য়েংবা ঙমদ্রে ঐবু থাদোকলমলো নখোইগী অহল লমনগী মনাক্তা চৎলো হায়না, অদুবু মহাক্না তাবিখিদে………( কপ্পা )

পঞ্চমী—অদুদগী……… ?

আরতি—মহাক লাইরিক লাইও হৈবা মীওই অমনি অদুবু শেলগী সংসার অসিদা শেল নত্তনা চাকরি ফংবসু অরাবা অমা ওইরম্মী। অরাবা থবক শুদুনা পুন্সি অসে হিংবা ঙম্নবা লাক্লম্মী মহাক্নদি

মুংঙাই য়াইকনা হৌরকপা মচানিনা অরাবা থবক শুবদগী মশাদা লাইনা পকলক্লে ডাক্তর কৌহূনা য়েংহনবদা ওইথংবা থবোম্বীদা য়াম্না খিনা থোক্লে ওপোরেশনগী দরকার লৈরে হাইরম্মী। ডাক্তরগী পাওতাক মতুং ইম্না মহাকপু আ অথাপ্পা ভেলোরদা থাবা তারম্মী। শেলগীদমক্তা অঙাওবীশুম্না কোই-চেন চেন্নম্মী অতুবু ফংবা লৈরমদে। শেলগী মহূৎতা ঐনা করি ফংডি মীগী নোক্লবা অমদি করেম্নবা......( কপ্পা )

পঙ্কমী—অদুদগী ?

আরতি—ঐগীদমক্তা মপুক্তি মাংঙক্লবা ইপুরোইবগী মথরাই কনবনা ঐগী ইথৌনি খনবদগী মনা মনিন নাইদনা ঐনা মাবু ভেলোরদা থারম্মী। শেলগী দরকার লাক্লে দরকার অদো পাংথোক্তবদি য়াদবনিনা মীলুংশি খংত্রবা সমাজ অসিনা মপুং ফানা নোক্ল-রশনু করেম্নরশনু হায়দুনা লীদা য়াওবী অমগী শক্তম লৌহূনা ইপুরোইবগী মথরাই কম্নবা চোৎনজরকপনি। অতুবু মুংশি হৈত্রবা ঈশ্বরনা ঐগী চোৎনবগী মমল ফংহনবীদ্রে। (কপ্পা)

পঙ্কমী—খংলে ইচে, নংগী থম্মোইগী অশেংবা য়ারী তাবদা ঐগী থম্মোইনা নংগী অরাবা শরুক খরদং য়াজরি। খংদবদগী রাহৈ খর হেনখিবা নংনা ঐবু ঙাকপিয়ু।

আরতি—পঙ্কমী, নংনা ঐবু থাজো শকলোন কয়া পুহূনা, লৌনম্বা রাহৈ কয়ানা, শেলনা ঐ অসি লমচৎ নাইদবী মুপীগী ধর্ম্ম ঙাক্লবী মুপী অমা নত্তে। মচুগী শাক্ষীদি নংগী তামো মহেননি।

মহেন— অচুম্বনি পঙ্কমী আরতি ধর্ম্ম কাইদবীনি।

পঞ্চমী—নংগী শেংলবা থম্মোইবু ঐনা হৌজিক্তা খংবা ঙমজরে ইচে। নহাক গন্নাদগী হেন্না শেংবীনি।

আরতি—অচুবু পঞ্চমী, ঈশ্বরগী রায়েন্দদি ঐ অসি দণ্ডি কংবা তারবনি। ইশাগী ওইজবা তানকন্দগী মী কয়াগী পুক্তিবু ঐনা মাংহনখরে মাংহনবশিংহুগী মহুংদা নংগী তামো মহেনসু য়াওরবনি ( কপ্পা) ঐ হৌজিক কনাগা লোইননা সংসার অসিদা হিংহুনা লৈগনি ? ঐগী কনাসু লৈত্রে। করিসু লৈত্রে। মহাকীদমক্তা ঘুপী ওইবী ঐগী মান সম্মান ইজ্জৎ পুম্নমক য়োম্থোকনুবসু পুম্নমক অরেম্বা তাখরে হৌজিক ঐনা সংসারসিদা হিংহুনা লৈরুবগী করি মমল লৈরিবগে ? ( কপ্পুনা চেনখিবা )

পঞ্চমী—তামো, লীলা লোইরে, হৌজিক্তি য়ুমদা হল্লবা তৌরসি।

মহেন— য়ুমদা হল্লব তৌরসি হায়বা ! হা…হা…হা

পঞ্চমী—নংনা অঙাওবগুম্না নোক্লিবা করিগীনো ? ঙসিগী ট্রেনদা চৎখিনবা তৌরশি।

মহেন— পঞ্চমী, ঐগী য়ুম লৈতে ঐগী কনাসু লৈতে। ইশাগী থোংজিন ইশানা ককচরবনি। ঐ ইশাদা মাংজবা নত্তনা লাইররবা ইপাগী, থম্মোই কাইহনবা মক্ক কংনা মাংহনবা, হৌনবা খংত্রবা শানি ঐসে। তাইবং মীওইবগী মরক্তা শা ঐগী লৈকম লৈররোই জগৎ অসিদা ঐগী কনাসু লৈত্রে।

পঞ্চমী—নহাকীদমক্তা ঐ লৈরিবসিদি।

মহেন— নহাকসু ঐবু ঙাকপিরম্নগা চৎখরো। ঐনা তৌখিবা ইপাপশিংহুগী প্রাইশ্চিৎ তৌবা তারবদি সুইসাইদ তৌজবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ লৈত্রবনি ঐ অম্মে। নহাক চৎলো পঞ্চমী।

পঞ্চমী—মদো নহাক্কী অরানবা রাখলনি। নত্তোমতা শিজরগা নপাপকী প্রাইশ্চিৎ ওইগদবা নত্তে শাস্তি ফংগদবা নত্তে। আম্বাঘাট তৌবা হায়বসে পাপ লংজবনি। অদুগী শরুকপুদি মাংলমচৎ পুন্সিদা অরানবা কয়া চৎপ্রবস্থ পাপ কয়া তৌপ্রবস্থ মতুং অসিদা অরানবা অমুক চৎলরোই হায়দুনা রাশকপগা লোইননা ঈশ্বরগী মকমদা চংজৌ মথুতদা নংগী শাস্তি ফংগদবনি।

মহেন— চুম্মী ঙাকপিহৈবনা ঈশ্বরগী মথৌনি অদুবু ওক্কবা মচাগীদমক্তা থম্মোই কাহৎলবা, ঐগী ইপানা মচা শা ঐবু কৈদৌয়ুংদস্থ ঙাকপিররোইনে পঞ্চমা।

পঞ্চমী—তামো, মচাশিংনা চামরক লাল্লবস্থ চামরক হন্না ঙাকপিবনা মমা মপাগী মথৌনি। বাবাগী নাক্তা চৎলগা লাল্লে হায়বা রাহৈ অসিডা হায়য়নে তামো।

মহেন— অদুবু পঞ্চমী, করম্না মাই পুদুনা ব'বাগী মাংদা ঐনা লেপলু-গদগেনে পঞ্চমী ?

পঞ্চমী—অদু য়ৌনা মী মচাগী রাখল চেনগনু তামো। ফুংশিরবা মচাগী মচিন্দগী লাল্লে হায়বা রাহৈ অসি তারবদা খাংদুনা লৈবা ঙমগদবা জগৎতা মমা মপা লৈবা হৌনদে।

( মতম অসিদা শিবদত্ত মথুৎতা চৈশু অমা পাইরদুনা চংঙকই য়াম্না শাওবা মাইথোংনি ; মশাদি থর চোকথবা উরে )

বাজিহলদি য়াম্না থুনা শাওগল্লি অদুবু খোইখা লিনখা থাদুনা ভুং কোইনা শাওবা মীওই অমা নত্তে হায়বসি নংন্না হেক্কা খংলিবা নৎত্রনে তামো ?

শিবদত্ত—( শাওনা ) পঞ্চমী। নখোইনা ঐগী ইবা করিমত্তা তাদনা করিগীদমক্তা শা অসিগী মনাক্তা চৎলম্লিবনো ?

পঞ্চমী—বাজিহল, বাজিহলনা তামো মহেনবু অমুক্তা ঙাকপিয়্ু।

শিবদত্ত—ঙাকপিবা ! কনাবু ? শা অসিবু ? হা...হা...হা মহাকথক্তা ইরোল ইরাং তাকলে মীগী মরলনা খ্বাং কোইরে অদুবু মহাক্তদি মী অমা ওইহল্লমগে হায়দুনা অম্রা অনা পুম্নমক অদো নোক্লা নোক্লা খাংলকপনি। মতুগী মতুংতা ঙসি ঐনা করি কংডি খংলবরা ? মপাগী মকমদা মচাগী উশিং থোওইদবা রাঙাং।

পঞ্চমী—বাজিহল।

শিবদত্ত—পুন্সিগী নিংজরকপা আশা পুন্সিগী মুঙাইবা মং পুম্নমক অরেম্বা ওইরে।

পঞ্চমী—ঙাকপিহৈবনা মমা মপা ওইবগী মথৌনি ; অদুনা বাজিহলনা অরোইবা ওইনা তামো মহেনবু অমুক্তা ঙাকপিয়্ু। মচা ওইবশিংবু.........

শিবদত্ত—( খংলাও লাওদুনা ) ঐগী ইচা লৈতে কনাসু লৈতে লোইনা শিখরে পুম্নমক মাংখরে। চুম্মী ; মচাবু ঙাকপিবনা মমা মপাগী মথৌনি মদো ঐসু য়াই, অদুবু পঞ্চমী ; ঙাকপিকম থোকত্রবা মরালনা মাগী ওইরবা ঙাকপিহৈত্রবা শা অমনিনে মহাকনে। লাও, রা মথা তাগনু চৎশি লাও।

( পঞ্চমীগী খুদাং পাইদুনা চিংবা চৎপা হৌবা ; মতম অসিদা মহেন মৈচাক পুম্নমক থাংবা ঙম্মকত্রদুনা চেনশিল্লকুনা শিবদত্তগী মখোং কোন্দুনা থাম্বা )

মহেন— ( কপ্তুনা ) বাবা শাদগী হেন্না তোল্লবা ওক্তবা নচা ঐবু বাবানা ঙাকপিন্নমত্রবদি মপোক মপোক খুদিংগী নচাগী চংজকম লৈরম্মোই। নচা ঐবু ঙাকপিন্নমত্রবস্থ নচাগী লাম্নে হান্নবা রাহৈ অসিতদি তান্নগা চৎলীখে।।

শিবদত্ত—ঙসি নচিল অহুনা বাবা হান্নহুনা কৌবা ঙমদ্রি। কৌরকম্ব বাবা হ'য়হুনা। শা নংনা ঐগী খোংকাস্থ কোনবা শাদ্রি। শোক্কম্ব। ( মহেনবু কাওথোকপা মহেন লোংনা ক্কুবা )

পঞ্চমী—তামো! ( মহেনবু কোনখৎপা )

শিবদত্ত—পঞ্চমী! ( মথন্নাই হুংঙাইন্নক্তবা )

পঞ্চমী—বাজিহলগী মকমদা ন্না অসি হান্ননিংদবদগী ঙসাইমখৈ তুম্মীম্মা লৈজবনি। অহুবু মতম তানজানা হান্নদবা ম্যাজ্রে। বাজিহলনা তামো মহেনবু ঙাকপিত্রবদি লৌশিনবীত্রবদি বাজিহলগী ( মতম অ'সদা ব্রিনয়, দেবন চংলকই ) ন্নাশকপদি কাইরেদো।

শিবদত্ত—ঐগী কন্নম্বা ন্নাশক?

পঞ্চমী—ন্নাশকখিবম্ব নিংশিংজগে তৌবতনি ন্নাশক অহু ঙাকপা ঙাক্তবদি বাজিহলগী ন্নাখল্লা লৈরে। ঐগী লৈখিত্রবা ইমাগা পাবগগী মকমদা বাজিহলনা ন্নাশকপিখিবা মন্নম অমা লৈবন্না?

শিবদত্ত—চুম্মী; ঐনা ন্নাশকখি; নহাকপু ঐগী ইমৌ অহল ওইগনি হান্ননা ঐনা ন্নাশকখি।

পঞ্চমী—অহুদি বাজিহল, ন্নাশক অম্ব ঙাকপিনবগীদমক্তা তামো মহেনবু ঙাকপিন্নু মাবু ইন্নোকপিগম্ব।

শিবদত্ত—পঞ্চমী, নংনা ইপাবু মাইখিবা পিরে। ( শাওনা মহেন )

মহেন— (য়াম্না কিনা ) বাবা !

শিবদত্ত—হা…হা…হা অঙাওবা, পঞ্চমীনা মরম ওইহুনা নংবু ঐনা ঙাকপিরবনি।

মহেন— ( হরাওবা ) বাবা ? (শিবদত্তগী মখোং কোম্লগা) বাবা ঐনা নখোং পাইহুনা রাশকচরি। ঐগী পুন্সিদা ঐ স্কোলার অমা ওইখিগনি বাবাগী আশা থুংহনজগনি।

শিবদত্ত—য়াহৈ অচুমক্তনা ইপাগী অপেনবা ওইরে মহেন।

মহেন— ( বিনয়দা ) বিনয়।

বিনয়— মহেন ( মখোই অনি কোম্লবা )

দেবেন—ট্রেনগী মতম ওইরে চৎনবা তৌরশি Ready please (ময়াম পূম্নমক নোকই )

জবনিকা। তপ্ন তপ্ন হাইজিল্লকই।




লোইরবা।